# মসী সুট সুজোটো

## ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন



- ময়াংলম্বম চন্দ্রশেখর সিংহ

# ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন

*ময়াংলম্বম চন্দ্রশেখর সিংহ*

অপুনবা লমজিং খোর্জেই লুপ
(অলমখোল)
ককচিং খুনৌ, মণিপুর

**KAKCHING KHUNOU KHUNTHOKLON,**

a short social, cultural and political history of Kakching Khunou, Written by M. Chandrashekhar Singh, M.A. History, Politica[l] Science & Sociology, Published by ALAMKHOL, Kakchin[g] Khunou in July, 2006.

অহানবা ফোঙবা : জুলাই, ২০০৬



অফোঙবা : অপুনবা লমজিং খোর্জেলূপ, ককচিং খুনৌ।

নম্ফম : লক্ষ্মী কম্প্যুটরাইজ প্রিন্টর, ককচিং খুনৌ।

মখুম য়েকপা : ভৈগ্যাচন্দ্র থিংনাম

ফোটো : পরসুরাম থিংনাম অমসুং প্রমেশ্বোর খুমুকচম।

কোপী মশীং : ৫০০

মমল : লুপা ৬০/-



ফংখম থোকপা খুদিংমক অইবগীনি।

# ৱাহৈ অমনীদং

ইবুঙো চন্দ্রশেখরনা ৱানা থি হূমজরগা লাইহরিক ওইনা পুথোকখ্রবা 'ককচিং খুনৌ খুম্হোক্রোন ' মিংথোনবা ককচিং খুনৌগী হৌরকফম তাকপা ৱারোল খুৎইদা লৈরিঙেদা পাজহৌই। য়াম্না পূক্নীং থৌগৎনিঙাই ওইবা থবক অমা তৌরে হায়জনীংই মরমদি অসিগুম্বা মখলগী লাইহরিক অসি মতমসিগীদি তঙায় ফদবা ওইহ্রিবনি। মতম অসিদদি ইশাগী হৌরকফম, হৈনবী, লোন্দা-পুদা, চংনবী অমসুং অকক্নবা ফুরুপ অমগা অতে ফুরুপশিংগা কমদৌনা লৈমিন্নবা অদুগা ফুরুপশিংসিনা করম্বা মওংদা মাগী মাগী ওইবা নাৎ অমসুং হৌন-হৈনবীশিং ঙাকচবগা লোয়ননা খাইগী ওইবা পুন্সি মরেলদা চাশিন্নদুনা হিংবগে হায়বসি নৈনফম থোকপা মরু ওইবা মফম অমনি। মসিগী থিজিন হূমজিনবসিদগী মশাগী মশক তাকচবগী ঙাওনরিবা, লম্ফাংনরিবা অমদি য়ানদ্রিবা ৱাখল্লোনশিংসে মচা প্রোপ প্রোপ তারগনি। ঐখোয়সি মমা অমত্তগী মচারা ? ওইরবদি মম্যাদু কনানো ? খেন্নরবা ফুরুপশিং অসিগী 'ঐগীনা অশেংবা হৌরকফমদুনি' হায়দুনা চাউবা তান্নবা হায়গদ্রা, লুচিংবা তান্নবা হায়গদ্রা, হায়ফমদি খঙদ্রবা মূক্নবা য়ানবা মতৌ অমা মশক্তি উদনা মীয়ামসিগী মরক্তা চংপগুম তৌবা অমা লৈবগুম তৌবসি কোকথিনবা, লৈখিদনবা [illegible]শিংগী মরক্তা লাইহরিক মচাসিসু মফম অমা লৌগনি খঞ্জে। অওইবমক মীওইবা [illegible] চাওখৎপগী লমজেল তান্নরকপদা, পৃথিবীগী চাউর-চাউরবা, মাঙজিনসু থাদ্রবা ফুরুপশিংগী মমাঙদা ফিদা অমা ফংগে হায়রবদি ইশাগী শক্তম হায়না খঙজবা তঙায় ফদবনি। তঙায় ফদবসিদসু শ্রীচন্দ্রশেখরগী লাইহরিক্না লম কনবা হৌরে হায়জনীংই।

অশীকপা লমদম মনিপুরসিদা লৈরিবা, খুন্দারিবা ফুরুপশিং, খুজংশিং অসিগী খেন্নরবা লোন, হৈনবী, চংনবী, থাজনবী, ফুরুপকী অমসুং লম্নাইগী ওইবা চংনরোলশিং অসি মেংলগদি ঐখোয় তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী লাকখিবনি হায়বসিগী অরেম্না খুদম ফংই। মসিমক্না হায়নরম্বনি, " লৈরক অমা শৈশক অমা ......"। লুহোং-

খোংদোংবগী থৌরমদা লৈকাই অমগী চংনবীগা অতোম্বা লৈকাই অমগীগা খেন্নবা শোয়দনা লৈ। মসিনসু ঐখোয়সি হৌরকফম য়াম্মী হায়বদু তাকই।

লমদমসিগী মীশিংনা ঐখোয়বু কনানো, কদাইদগী লাকপনো, কনাগী মচা-মশূনো হায়বা থিরকপদা লাইহিরিক মচাসিনা পাউথুম শোয়দনা পীরগনি। অদুগা মসিনা লোইবদি নংথ্রি। থিগদবা ইগদবা য়াম্না লৈরি। হৌজিকমক্কীদি জন্মকুন্তি লৈতবা লমদম অমা ককচিং খুনৌ ওইহল্লে, মসিমক থাগৎনিঙহিনি। অতৈসু আশা তৌজরি।

ফননবা খল্লিবা-
শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্ম্মা

ককচিং খুনৌ
তাং ২১/০৬/০৬' ইং,

# তাবুনুংদা করি ?

'ককচিং খুনৌ খুম্বোকলোন' - লাইরিক অসিগী মিংথোলনি ।মিংথোল অসিমক্তগী লায়না খণ্ডলে - ককচিং খুনৌ হায়রিবা খুঙ্গং অসি, মতৌ কয়ম্মা, কদায়দগী, কনা কনানা, করিগীদমক খুন্দা লৈতাদুনা খুঙ্গংসিগী চংনরোল(চংনলোন)-হৌরবা অমসুং হৌজিকী মরমদা নৈনদুনা চাদ নাউদা শন্দোক্তুনা ওইরকখিবগী ৰফম ওইরম্লগনি । লাইরিক অসি পারুবদা অঁইবগী হোৎনবা অমদি থিজনবা কনবগী মতৌ ,অহল-লমন্দগী ৱারী তাবা অমদি মখোয়দা হংজিনবা তন্দবগী মমি অমা লাইরিক অসিদা অবণ্ডম তৌই। থাগৎনিঙাইনি অসিগুম্লবা অঁইবা অসি। হৌজিকী অমসুং তুংগী মীয়োল কয়ানা ককচিং খুনৌগী মরমদা 'তাবুনুংদা করি' ? হায়না থিরকপদা ফংগনি থরদং 'ককচিং খুনৌ খুম্বোকলোনদগী ।

চৈচং : জুন ৭,২০০৬

এম, খোমদোন সিংহ
প্রসিডেন্ট
অলমখোল

# অহংবগী ৱারোল

অহানবমক্তদা কংলৈগী লাইনিংথৌ থন্নাংবা, ককচিংগী ইবুধৌ থন্নাংবা, ককচিং খুনৌগী ময়াংলম্বম শগৈনা সেবা চংলিবা ইবুধৌ ময়াংলাইহজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপবু খুং অনি লোম্নদুনা অমদি খোঙ শান্ত্রাং তিংথোক্তুনা খুরুমজরি। লাইহরিক অসি অহংববু পোকপনা অহল কয়াদগী হংজহৌদুনা মচাক কয়া থিবিরম্বা অমদি লাইহরিক অমা ওইনা পুথোক্তে খল্লম্বা অশা অদু মপুং ফাহনবনি। মীওইবনা থিদুনা হমদুনা হোৎনজদুনা তানশিল্লমবা অন কয়াবু খুথাং ওইনা শিন্নকম ওইহরিবা লাইহরিক অসি ইনবা হোৎনজবদা মণিপুরগী পু ৱারীগী য়াংলেন শরু ওইহরিবা চৈথারোলকুম্বাবা অমদি মণিপুরগী পু ৱারী শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইহরিবা, দত্তর হোরাম, টিঃসিঃহোদসন, ঈঃদল্লিয়ুঃদন, লোইহননা জেঃসেক্সফিয়র নচিংবগী লাইহরিক্তা ককচিং খুনৌ খুহোকলোনগী মতাংদা ইপন পনলমদবনা লাইহরিকশিং অসিদগী মতেং ফংবা ইঙম ওমদে। চৈথারোল কুম্বাবাদা মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুড়াচান্দ অমসুং মণিরপুরেশ্বর মহারাজ বুধচন্দ্র অনিনা মথংশিংনা ককচিং খুনৌদা শন্না খোঙলেংবীরকলম্বা, থিংনাম পুর্নো সিংহ, সেনাপতিদা ফৈজোম খমেনচংপা খুদোল তৌবীরম্বা অমদি মোন্দুম মহাদেবগী শঙলেন শঙবীরম্বগী ৱারম নত্তনা অতৈ থোইদোক্লে ককচিং খুনৌগী মরমদা ফংদে। মথক্তা পনজরিবা অহংবশিং অসিগী লাইহরিকশিংদসু ককচিং খুনৌ অসি য়োংশুং য়োংশাগী থবক তৌবা লোই খুঙ্গং অমনি হায়বদগী হেন্না অতৈ থোইদোক্লা ইবীরমদে।

মথক্কী মরমশিং অসিদগী লাইহরিক অসি ইনবা হোৎনবদা ককচিং খুনৌগী অহলশিংনা খুথাং নাইনা লীবিদুনা থম্মীরম্বা ৱারি শিংবুন্দা মপুং ওই, চিনবুং ৱারি ওইবনা অহল অমনা লীবিরকপগা অহল অমনা তাকপীরকপগা মচেং ওইনা থিজিকতং খেন্নবা য়াওই, অদুবু মপুং ওইনদি মায়ে। অমুকসু ৱারম কয়া অমদদি চপ মান্নরনা মং পীবিরকই। খুদম ওইনা পল্লবদা :

১। ককচিং খনৌদা খুন্দারিবা মীওইশিং অসি তাখেল লৈবাক্তাগী লাকপনি উরিপোক্তা খুন তারমই, মথং মথং খুন হোংলক্তুনা হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা খুন তাখি।

২। ময়াংলম্বম শাগৈনা সেবা চংলিবা ইবুধৌ অসি খুন্দারকপদা খ্বায়ং ওইনা লোইননরকলবা লাইনি।

৩। হৌজিক হৌজিক ককচিং খুনৌগী গোভর্মেন্ট হায় ফুলগী লম্পাক্তা হৌরিবা খোংনাং পাম্বী অসি ককচিং খুনৌদা ময়াংলম্বম, খুমুকচম অমসুং থিংনাম্না খুন্দারকপদা অদুম্মক হৌদুনা লৈরমলে।

৪। লমদম অসিদা ময়াংলম্বম, খুমুকচম অমদি থিংনাম্না খুন তাম্রিঙৈ থোংঙাম্না হান্না খুন তারম্লে।

৫। ককচিং খুনৌগী অহনবা নিংথৌদি খুমুকচম চন্দ্র নিংথৌনি, মহাক্কী মমাংদা ককচিং খুনৌদা নিংথৌ পানলমদে, খুল্লাকপনা ম্বাইদগী চাওবা খুনগী ফম ওইরম্মই।

খুমুকচম কাইরেল সিংহ, ঙসিদগী চহি য়াখৈমুক্কী মমাংদা লৈখিদ্রবা অহল অসি ইশৈ হল্লমবা, মশক নাইবা উ শুবা, মহাভারত, রামায়ণ ফজনা পারম্বা, ককচিং খুনৌগী মোহরি ওইরমবা মীশক অমনি, মহাক্না অইববু পোকপদা ককচিং খুনৌ খুম্থোকলোনগা মরি লৈনবা বারী কয়া লীবীরম্মই। ময়াংলম্বম ' অঙাহল। সিংহ লূপলাকপা, লাইরিক হায়বা থীবা ওইরম্বা, কোন তূবা অহানবসু ওইরম্বা, হিয়াংলম সুগু এসেমব্লী কোনটিট্যুন্সিগী অহানবা কোংগ্রেস মীরেপসু ওইরম্বা, অহল অসিনসু অইববু পোকপদা লীবিরম্বা বারীশিং, অমদি খুমুকচম চন্দ্র সিংহ, থিংনাম লৈকাইনা অইবদা তাকপীরকপা বারম কয়ানা মপুং ওইবা মচাক ওইদুনা লাইরিক অসি ইজখিবনি। থোংঙাম ইবোমচা, খুমুকচম নিংথেমজাও, ময়াংলম্বম য়াইমা, খুমুকচম ক্কাকলৈ, ময়াংলম্বম সীতল, ক্ষেত্রিময়ুম নোবর সিংহ, না তাকপীরকপা বারম কয়ানসু লাইরিক অসিগী মচাক ওইখি। ককচিং খুনৌদা লৈবা শাগৈশিংগী পু খুদিংমক্কী পিবা কয়াগসু লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা তানজখি। ময়াংলম্বম চাওবা সিংহদসু মরক মরক্তা লাইরিক অসি ইবদা তানজখি। পূম্নমকপু তৌবীমল খঙবা উচ্চরি।

ককচিং খুনৌ অসি মীশিং য়াম্লবসু সহরদগী থাপ্না লৈবা, মশাগী চৎনবী তোপ তোম্না মশক তাকপা ঙম্বা, মশাগী ওইবা বাখল্লোনশীংনা পুন্দুনা থম্বা অরিবা মতম্গী মীশিংগী পুন্সি মহিংগুম্না অচম্বা, য়াম্না লাইবা মওংদা হিংদুনা লৈবা মকম অমনি। মশাগী ওইবা বাখল্লোন, চৎনবী, মওং মতৌ অমা চেন্নদুনা অদুমক লৈরিবা খুন অমনি। লমদম অসিগী মীওইশিংগী মপা মপুশিংনা নোমেদিক ত্রাইবকুম্না লৈরম্বগী মওং অসি বারী কয়াদগী ফংই। খুদম ওইনা লমদম অসি অমগা অমগা য়াম্না চম্না লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা হিংমীরে, অমগা অমগা মতেং পাংনৈ। মশানা মশাগী তেংবাংজবা মওংদা পুন্সি হিংবা কাঙলুপ

অমগুম্না লৈ । কনাগুম্বগী অৱা অনা তাবদা য়ুমলোন্নবনা য়াম্না মতেং পাংই । অশি অনা থোকপদা ইমুং অদুগী অৱাবদা পুন্না শরুক য়ামিন্নে । অৱাবা তারিবা ইমুং অদুদা চেঙ, ক্বা, হৈ পীদুনা মতেং পাংবা চৎনৈ । লৈকাইগী মীশিংনা হায়নবা লৈতনা ময়ুম ময়ুমদগী বানচিংবা পুরক্তুনা মগুব খনলি । কনাগুম্বা ইমুং অমগী মচা - মগু লুহোংবা তারবসু লৈকাইগী য়ুমথোং খুদিংদা কবোক পোক্তুনা ইমুং অদুদা পীনৈ । ক্বা-হৈ পুন্নমক লৈকাইগী মী লাক্তুনা শেন্নৈ । লমদম অসি সেল্ফ সফিসেন্ট সোসাইটি অমনি হায়বগী খুদম অমা ওইনা চহি খুদিংগী চৈরাওবগী থোং থাক্লবা য়েঙ্খাং নাপী অসি মথেল থিবা হায়দুনা চৈরাওবা নোংমা বাংলিঙৈদা থিবগী চংনবী লৈরম্মী । নিংথৌ পানলিঙৈদা লমদম অসিগী নোংচুপ্তা লৈরিবা মোইরাঙ্গোম পাং অসিদা লৈরিবা ঙা অসি কনা অমতনা ফাবা য়ারমদে । চহি খুদিংগী বাকচিং থাদা নিংথৌনা পাং থাই । য়ুমথোঙ খুদিং মী অমত্তা খক্তনা থোকলক্তুনা চহি অমা চানবা ঙা ফানৈ । য়োনফমসু লৈতে, ঙা ষণগাড়ী মপোং অমা পুদুনা থৌবালদা য়োনলুবদা লুপা মঙাখক্তং শীংলকপগী বারী লৈ ।

লীলা ড্রমাদা লমদম অসি মাঙজিল থাবা লমদম অমনি । য়াম্না ঙনলিঙৈ মতমদা ককচিং খুনৌদা লীলা কাংবু শেমদুনা লীলা কয়া শান্নখি । ময়াংলম্বম অঙাংজাও যাত্রা, খুমুকচম জগ সিংহ, খুমুকচম চুড় সিংহনচিংবা লীলা কাঙবু শেমদুনা মহাভারতনচিংবা শান্নখি । খৃ: ১৯৫৮ দা ককচিং খুনৌ ড্রমাতিক ইউনিয়ন লিংখৎখি। ড্রমাগী লমদা মশক নাইবা আর্টিষ্ট য়েনখোম ইবেতোম্বী লমদমসিদগীনি, য়েনখোম ইবোতোম্বী কোকয়েং য়েংপসু মশক নাইবা মনিপুরদা অথোইবনি। হৌজিক হৌজিকমক মনিপুরদা শুমাং লীলাগী মশক নাইরিবা থিংনাম বিরমঙ্গল অমসুং থিংনাম নিলকমল ককচিং খুনৌদগীনি ।

শান্ন-খোংনবগী লমদা ককচিং খুনৌ অসি ঙনলিঙৈ মতমদগী মমিং লৈরকই, মনিপুরদা মুক্না অমসুং কাঙজৈ(খোঙ-কাঙজৈ)দা ফাওরম্বা থোংঙাম শঙ্গাই লমদমসিদগীনি । হৌজিক হৌজিকমকসু কসুগী মমিং লৈরবা ময়াংলম্বম বীরমনি লমদম অসিদগীনি । ধৰ্ম্ম অমসুং শিক্ষাগী লমদা লমদম অসিদা পনবা য়াবদি খুমুকচম বনমলি ককচিং খুনৌগী অহানবা ঈশৈ হনবনি, মহাক ককচিং খুনৌদা গৌরীয় ধৰ্ম্ম লৌখিবা অহানবসু ওইখি । পঞ্জি অহানবা চাওবীহলপা, পুং য়ৈবা অহানবা বোরাচাওবা ওজা অহানবা কৈশাম ভৈজাও নি । ময়াংলম্বম নিরঞ্জয় সিংহ অরিবা পালাগী মশক নাইবা শৈশকপা জগোই অমসুং নটকী ওজা মনিপুরদা মমিং লৈবা ওজা ওইখি । মহাক অসি

কোকয়েং য়েংপদসু মমিং লৈবা ওইরম্মী । হৌজিক হৌজিকমক মনিপুরগী মমিং লৈরবা পেনাগী শৈশকপা ওজা সিনাম অচৌবা ইরমদম ককচিং খুনৌদগীনি ।

ওসিদগী চহি ৯৫ রোমগী মমাঙদা ককচিং খুনৌ বোইজ: এল:পি স্কুল লীংখত্তুনা শিক্ষাগী লমদা খোঙ থাংজিনলকখিবা লমদম অসি হৌজিক কলেজ অমা, হায়স্কুল অহুম, জুনিয়র হায়স্কুল অমা, প্রাইমারি স্কুল অমা, লাবার প্রাইমারি স্কুল মরি অমদি প্রাইভেট ইংলিস স্কুল তরুক লৈরে ।

হৌজিক হৌজিক ডাক্তর মতিক চানা লৈতবা অমদি ষ্টাফ মতিক চানা লৈতবগী অরাবা মায়য়োক্লরিবা ককচিং খুনৌ প্রাইমারি হেল্থ সেন্টর অসি চুহি য়াম্থে শুরবা ডাক্তর খানানি । মনিপুরগী অরিবা পুবারিদা য়াওরিবা তুমুলাকপনা পানলমই হায়নরিবা তুমুরাকপা চীং অমদি যণদুবম চীং(যণদুম্বা)(নুরা ওাইখোংঙানবীগী লুরেল তাদুনা লৈরম্বা মফম) অসি লমদম অসিগী কৌব্রু অমসুং মৈরমদা মথংশীংনা লৈ । খৃ: ১৯৫৯দা ককচিং খুনৌ পোপুলর ক্লব লীংখৎখিবা লমদম অসি হৌজিত্তি লৈকাই লৈকাইগী রেজিষ্টর তৌরবা ক্লব মাপল অমদি অতে সংস্থান মশীং য়াম্না লৈরে । প্রকিতিগী অমদি মীওইবগী পোখোক্তা লৈহাও লৈবা লমদম ওইরিবা ককচিং খুনৌ অসি সহরদগী(ইম্ফালদগী) লাপ্না লৈবা লম্বী খোং ফত্তবা সরকারনা মীৎয়েং চঙবা ৱাংপদগী চাওখৎপা ইঙম ওমদ্রি ।

লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা ৱারী ৱাখোঙ কয়া তাকপীরকপা, মতেং পাংবীরকপা পুন্নমকপু তৌবীমল খঙবা উচ্চরি । ইনাও প্রমেশ্বর অমদি পরসুরাম থিংনামনা লাইরিক অসি ইবদা মতেং কয়া পাংবীরকপগীদমক থাগৎচরি । লাইরিক অসি ফোংবীবগীদমক অলমখোলবু থাগৎচরি । লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপীরকপগীদমক ভৈগ্যাচন্দ্রা থিংনামবুসু থাগৎচরি । খুড়া বাবুনা লাইরিক অসি নম্বগী অচৌবা দায়ত্য লৌবীখিবগীদমক তৌবীমল খঙবা উচ্চরি । অরোইবদা ককচিংতাবম পাবুং ব্রজমনি শর্ম্মনা লাইরিক অসিগী বানান কয়া চুমখোকপিখিবা অমদি হেন্না মপুং ফানবা পাউত্তাক কয়া পীবিরকপগীদমক ইকাই

খুম্নবা উচ্চরি ।

অইবা :
ময়াংলম্বম চন্দ্রশেখর সিংহ
এম: এ:ত্রিপল
ককচিং খুনৌ ।

তাং ১১/০৭/২০০৬
লৈবাকপোকপা,গুরু পূর্ণিমা,ইঙেন

# ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন

## অহানবা পন্দুপ

## ককচিং খুনৌগী চাওরাকপা মশক

ককচিং খুনৌ, ইম্ফালদগী খা পাংনা কি:মি: ৬২ রোম চৎলগা লৈবা সহর অমনি। থৌবাল জিল্লাগী মনুং চন্না লৈবা লমদম অসি ককচিং সি:ডি: ব্লোকী মখাদা অমসুং ৩৯/শুগ্নু এসেম্বলী কোন্সটিট্যুয়েনসি গী মনুং চন্না লৈ। লমদমসিগী নোংপোক্তা মমাঙ চীঙ, নোংচুপ্তা মনীং চীং অদুগা খাদনা লৌবুক লমহাং মরাং কায়না লৈ। লৌবুকশিং অদুগী হেক তাইনবদা ৱাংজিংখুনৌ অমসুং ৱাঙু লৈ। ৱাঙু, মনিপুরগী ইতিহাসকা শাগোন্নরবা খুন্দা অরিবা মফম অমনি। লমদমসিগী অৱাংদা লৌবুক লৈ, চীঙ অমসু লৈ মদুবু লময়েং চীঙ হায়না খঙনৈ। চীঙ অসিগী মথক্তা কাদুনা য়েংলবদি ককচিং খুনৌগী মফম পুন্নমক উবা ফংই। চীং অসি ককচিং খুনৌগী প্রজাশিংনা শজিবু চৈরাওবা নুমিত্তা চৈরাও চীং ওইনা কানরি। চীং অসিগা শাগোন্নবা মোইরাং কংলৈরোন্দা য়াওবা ৱারী শীংবুন কয়া অমসু লৈরি। লমদম অসিগী চীংখৈদা ৱাইখোং লৈ। মফম অসি য়াম্না লিরবা খুন অমনি, অমসুং থুম থোকপগীদমক মমিং চৎলি। মৈরমদা ককচিং খুনৌ খুনফমদগী হোংদোক্লুনা লৈকায় শেমদুনা খুন্দাপ্রবা উমাথেল লৈ, উমাথেলদগী খা পাংনা খজিক্তং চৎলগা ঈন্দুপ্না চীঙ লৈ, চীঙ অসিগা শাগোন্নবা ঐতিহাসীক ওইরবা ৱারী কয়া 'মসু লৈ। কৌব্রুদা পুমলেন পাৎ, পাৎ অসি থা মচেং শাবা, লোক্তাকী হেক মথংদা খাইদগী চাউবা পাৎ ওইরি। পাৎ অসিদা ইথাই বেরেজ শাদুনা লোক্তাক প্রোজেক্টপু হেন্না মায় পাকহল্লী। লমদম অসিগী সন্থোংদা লাইনুং চীং, অমসুং লাইনুং পাৎ লৈ, মফমসিদসু ইতিহাসকা মরী লৈনবা মচাক কয়া লৈ।

## *ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন*

**উমং লাই শিং :** - ককচিং খুনৌদা হৌজিক হৌজিক সেবা চৎলিবা উমং লাইশিংদি, ইবুধৌ খন্নাংবা, ইবুধৌ লৈকাইলাকপা,ইবুধৌ সেকমাই নিংথৌ, ইবুধৌ ময়াংলাইজিং নিংথৌ, ইবেন্থৌ কালিকা ,ইমা থুমখোং লাইরেম্বী অমসুং ইবুধৌ লমহানবনি। করিগুম্বা লমদম অসিদা নোং তাদ্রবদি ঈশিং থোকপী ইরাৎ পূজা তৌনৈ, অদুগা ফৌ অমসুং মহৈ মরোংদা তিল-কাও তারবদি পুকশ্রি লাইরেম্বী ইরাৎ পূজা তৌনৈ।

**ককচিং খুনৌদা সেবা চৎলিবা ইবুধৌ লৈকাই লাকপগী হৌরকফম :-**

মতম অমদা ককচিং খুনৌগী নোংচুপ্তা লৈরিবা চীংদুম মচা মীনাই চীঙ হায়রিবা অসিদা ককচিং খুনৌগী ষণশিং অসি শেন্নবা মী খরা লৈরম্মী । মখোয়না ককচিং খুনৌগী ষণশিং শেনলমই । মখোয়না ষণ শেন্দুনা লৈরিবা মফমদুদা লাই অমা ফাওরক্তুনা লাই অদুবু ককচিং খুনৌদা সেবা চৎলিবা ইবুধৌ খন্নাংবা হরাওবগী মওংগুম ষণজেননহাশিং অদুনা হরাওরম্মী । মতম খরা লৈরগা ষণজেননহাশিং অদু য়াম্না কন্না অনা অয়েক য়াওরকলম্মী, মীনাই চীঙদা লৈবা ঙমলক্তুনা খুল্লক্তা অমুক হনজিল্লক্তুনা লৈখি । মখোয়না সেবা চৎলম্বা লাই অদু ইবুধৌ খন্নাংবগী লাইকোন্দা পুন্না মমীংনা "লৈকাইলাকপা" হায়না খঙনদুনা হরাওখি । অসুম্না তৌখিবা অসি ককচিং খুনৌদা "রাঘব" নিংথৌনা পানবা মতমদনি হায়না অহলশিংনা মোৎ পীবিরকই । য়াম্রী য়াখোঙ অসি খুমুকচম নিংথেমজাও সিংহনা লীবিরকপনি অদুগা অহলশিংনসু চপ মান্নবা মোৎ পীবিরকই।

**মোন্দুম মহাদেব :-**

মনিপুরগী মফম কয়াদা লৈবা মীওইশিংবু পুক্লিং চিংশিল্লিবা মফম অমনি মোন্দুম মহাদেবগী খুবম । মোন্দুম মহাদেবগী খুবম অসি ককচিং খুনৌদগী কি:মি: অনিগুম্বা কৌক্ল পাংনা চৎলগা লৈ। তুমুরাকপা চীঙগী হাইথরকপা, পুমলেন পাৎকী মপান পুক্লিং হুনা ফজরবা প্রকিতিগী খুদোল ওইরিবা মফম অসিদনি মোন্দুম মহাদেবগী খুবম লৈরিবা।



ইবুধৌ খল্লাংবা, সেকমাইনিংথৌ অমসুং লৈকাইলাকপা অহমগী অপূনবা শণ্ডলেন
(ককচিং খুনৌ খুঞ্জাওগী লাইকোন)

## ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন



হুবুখৌ ময়াংলাইহিজিংনিংথৌ, ময়াংলম্বম অপোকপগী শঙ্গুলেন
(ময়াংলম্বম লাইহৌকোন)



থোংজামদা লৈবা ইবুঙো লমহানবগী খুতম     বজারদা লৈবা ইবুঙো লমহানবগী শঙ্গুলেন



ইমা থুমখোং লাইরেম্বীগী শঙলেন
(উমাথেল লাইকোন)



ইবেনেধৌ কালিকা লাইরেম্বীগী শঙলেন
(থোংঙাম লাইকোন)

## *ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন*

### তরাং তুরেল :-

ককচিং খুনৌ লমদমবু খা-ৱাং খাইদোক্লিবা পীক্লবা মগুন লৈবা তুরেল মচানি তরাং তুরেল। পীকচরবসু লমদমসিগীদি থৱাই ওইরিবা তুরেল অসি হৌরকফম নকই, তাফমসু নকই, য়াম্না তেনবা তুরেলনি। লমদম অসিগী নোংপোক্তা লৈরিবা মমাঙচীংদগী চেন্থরকপা তুরেলনি, সিতা হায়রিবা মফম অসি তুরেল অসিগী হৌরকফমনি লৌনৈ, শম্থোং হায়না খঙনরিবা মফম অসিদদি তুরেল অসিগী ফজবা শকফম নীংথিনা উবা ফংলে। লমদম অসিগী থক্ল-চানবা লৌউ-শীংউ তৌনবা ঈশিং অয়াম্বা তুরেল অসিদগী ফংই, তুরেল অসিমক লৈরমদ্রবদি ককচিং খুনৌ খুন তারমদবসু য়াই, অদুনা ককচিং খুনৌদি তরাং তুরেলগী খুদোলনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোয়। ককচিং খুনৌগী লৈরক খুদিংদা নোংজু পাম্থা ওইদুনসু লৈখোম থোক্তনা চৎলিবা তুরেল, অসিগী মপান্দগীনি, তশেংনমক তুরেল অসিদা অকুপ্পা নুঙ অমদি নুঙচাক মরাং কায়না ফংই। তুরেল অসিগী তাফমদি লমদমসিগী নোংচুপ্তা চেল্লিবা অতৌখোং মরিলনি হায়না লৌগনি।

তুরেল অসি খক্ত নত্তনা লমদম অসিদা চেল্লিবা লৌউ-শীংউবদা মতেং পীরিবা, লৌ পারি লিশিং অনিরোমগী ঈথৈ ওইনরিবা ইরম-খোংলমশিংদি, মুকলাং তুরেল, পুরুম লৌখোঙ মরিল, করোংবা মরিল, অমসুং অতৌখোং মরিল অসিনচিংবনি। লমদম অসিদা পুন্না খুন্দারিবা মীওই লীশিং তরামঙাগুম্বা অসিগী মরুওইবা শিনফমদি লৌউ-শীংউবনি।

### ককচিং খুনৌ খুনফমগী লৈকায়শিং :-

হৌজিক ককচিং খুনৌদা লৈকাই ৯ (মাপল) লৈ, মখোয় অদুদি:-

(১) হিজম (২) চেকশাপাৎ (৩) থিংনাম

(৪) উমাথেল (৫) অৱাংলৈকাই (৬) ঙাইখোঙ তম্পাকয়ুম

(৭) থোংঙাম (৮) লময়েংচীং অমসুং (৯) থোংঙাম খুনৌ (থোংখোঙ) নি। উমাথেল, লময়েংচীং অমসুং থোংঙাম খুনৌদি ককচিং খুনৌ খুনফমদগী হোংদোকখিদুনা নৌনা লৈকাই শেমখিবনি। মথক্তা পনজরিবা লৈকাইশিং অসিদা লৈরক কয়া অমসু খায়দোক্লুনা লৈ।

## অনীশুবা পন্দুপ

## ককচিং খুনৌ খুম্ফেকলোনগী মতাংদা অহলশিংনা পীরকপা মত

**ককচিং খুনৌ খুম্ফেকলোনগী মতাংদা শ্রীময়াংলম্বম অঙাংজাও সিংহ, শ্রীময়াংলম্বম অঙাংহল সিংহ অনিগী মতঃ-**

ময়াংলম্বম অঙাংজাও সিংহ, পিবারেল, ময়াংলম্বম শাগৈ, মীয়াম্না অঙাংজাও যাত্রা হায়রগা খঙনবা অহল অসিনা অইববু পোকপদা ৱারি কয়া লীবিরমই, মহাক্না মচা ঐঙোন্দা অমুক লীবিরমই। ময়াংলম্বম অঙাহল সিংহ লূপলাকপা, লাইরিক হায়বা, মীয়াম্না কোন্দুবমগী অহল হায়রগা খঙনবা ইবুধৌ অসিনসু অইবগী অপোকপদা ৱারী লীবিরমই, ঐসু অঙাং ওইনা থৱাই য়াওনা তাজখৌই। হৌজিক্তি মতিক মঙাল লৈরবা অহল অনিমক লৈখিদ্রে, মখোয়না তাকপিরম্বা ৱারিশিং অদু কোন্দিল তাবা পণ্ডিতকী চাদ-নাউদা ঐখোয়খক্তনা খঙগদবনি হায়না তাকপীরমই, অদুবু ইতিহাসকা শাগোন্নরবা ৱারি অসি মীপুম তিংনা খঙবনা ফগনি খন্দুনা মীয়ামদা লীজরি।

অহানবমক্তদা "ইবুধৌ ময়াংলাইহিজিং নিংথৌ"বু খুরুমজরি । কংলৈগী "লাইনিংথৌ খল্লাংবা" ককচিংগী "ইবুধৌ খল্লাংবা" অমদি হৌজিক হৌজিক ককচিং খুনৌদা ময়াংলম্বম শাগৈনা সেবা চৎলিবা "ইবুধৌ ময়াংলাইহিজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপা" হায়রিবশিং অসি অমত্তনি।ইবুধৌ খল্লাংবগী অশেংবা স্বয়ং ককচিং খুনৌদা লৈ, ইবুধৌ খল্লাংববু ককচিং খুনৌদা ময়াংলম্বম শাগৈনা "ময়াংলাইহিজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপা" হায়না মীংগৌদুনা য়াম্না মতিক মঙাল লৈনা সেবা চৎচদুনা চহি খুদিংগী হরাও মথোই তন্নি। অহলশিংনা তাকপীরম্বগী মতুং ইন্না ইবুধৌ অসি কংলৈ লমদা সম্থোং হূইমু লৈমা পান্নদুনা য়োৎশুং য়োৎশাবগী থবক তৌদুনা লৈরম্মী। ইবুধৌ অসি য়োৎশুং

# ককচিং খুনৌ খুম্ভোকলোন

য়োৎশাবদা নত্তনা শা লান্দসু য়াম্না হৈ-শিংলম্মী । ইবেনধৌ সম্বোং হূইমু লৈমা পান্নদুনা পারি অমুদোন শাৎলবা মতুংদা তখেল লৈবাক্তা লান পাংবা চৎখি । তখেল লৈবাক্তা শিজ কালিকা লৌদুনা মতম কুইনা লৈথোকখি, কংলৈ লৈবাক্তা চান্নবী তালোই অমদি মপারি অমুদোন লৈহৌই কাউবা ঙমদদুনা কংলৈ লৈবাক্তা অমুক হল্লকখি । হন্দক ইবুধৌনা কংলৈ লমদা হল্লকপদা ইবেম্মা সিজ কালিকা অমদি তখেল মচা ময়াম অমা লোয়নরকই হায়না অহলশিংনা তাকপীরমই । শিজ কালিকা ইবেম্মনা মচে ইবেম্মা সম্বোং হুইমুলৈমগা পুন্ন লৈমিন্নৌ য়াদবদগী ইবেনধৌবু তেরাদা মচানুপা অমুদোনগা থনমল্লগা ইবুধৌনা শিজ কালিকাগা লোয়ননা উরিপোক্তা খুন্দাখি । উরিপোক্তা খুন্দাবদা ইবুধৌগী খোঙলোয়শিং অমদি তখেল লৈবাক্তগী লোয়নরকপা তখেল মচাশিংগা পুন্না খুন্দামিন্নরমই । ময়াম অদুবু ইবুধৌনা য়োৎশুং-য়োৎশাবগী থবক তম্বীদুনা ইবুধৌগা লোয়ননা য়োৎশুং-য়োৎশাবগী থবক তৌরিবা মীওইশিংবু লৈবাক্তা য়োৎ লৈব্রা য়েংদুনা কক্ কক্ থিন্দুনা, কক্ কক্ লাওবা মখোল থোকপা মফমদা খুন তাই হায়দুনা কংলৈনা ককচিং কৌর্নখি, হায়দুনা অহলশিংনা তাকপিরমই। মতম খরা উরিপোক্তা লৈরবা মতুংদা কমেংদা খুন হোংখি, কমেংদা মতম খরা লৈরম্লগা থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা খুন তাই, অদুদগী কেরচিংদা অমুক খুন তাই ।কেরচিংদগী হৌজিক ককচিংনা মপুং ওইনা খুন্দরিবা মীয়াম্না ককচিং হায়রগা খঙনরিবা সেকমাই তুরেল মপান্দা খুন্দাখি ।

ককচিং কয়া অমনা কৈরক য়ারাপুঙদা খুন্দারমই, মফম অদুদগী খুন্দা অফবা য়েংদুনা হৌজিক ককচিং খুনৌ হায়রিবা মফম অসিদা খুন্দাখি । ককচিং হায়বিবা কাঙলুপ অসিনা খোরিগুম্বা মফম অমদা খুন তাবা তারবদি মফম অদুগী লম্মিৎলোন মুন্না য়েংই । চীঙ কারগা শীং চেন্নবা মফম, পাৎ কুম্লগা ঙা ফানবা মফম, থক্ল-চানবা ঈশিং মরাং কায়না লৈবা তুরেল, লৌউ-শিংউনবা লম মরাং কাইনা লৈবা মফম, য়োৎশুং-য়োৎশাবগী থবক তৌনবা য়োৎচাক মবাং কাইনা লৈবা মফম হায়রিবশিং অসি শুনা ফংবা মফমদা খুন তাই। ককচিং খুনৌ হায়রিবা মফম অসি মথক্কি খুদোংচাবশিং অসি শুনা ফংবা মফম অমনি । মরম অসিদগী ককচিং কয়া লাক্কুনা ককচিং খুনৌদা খুন হোংলকখি । ককচিং খুনৌ খুন তাবা কুইদ্রিঙৈদা মৈতৈ লৈবাক অসি খুন্তাক লানশিদুনা চীং-মান্দা চেন্দুনা লৈনখি, তম্পাক্তা মৈতৈ অমতনা মথৌনা ফনা লৈদুনশু অব্রাবু কিদুনা লৈবা ঙম্মখিদে । মতম অসিদা ময়াংলম্নম

## ককচিং খুনৌ খুম্বোকলোন

শাগেগী পীবারেল ময়াংলম্বম কোন্দিলতাবা পণ্ডিত লৈখিদ্রে। মহাক্না ককচিং খুনৌদা খুন হোংলকপা মতমদা ইবুধৌ খম্নাংবগী স্বয়ং লোয়নরকখি । মতম অদুদা ইবুধৌগী স্বয়ং অসি ময়াংলম্বম শাগেগী পীবারেলগা লোইনরম্মী। ককচিং খুনৌ খুম্বোকপদা ময়াম্বনা ককচিং খুঞ্জাওদা লৈহৌরগা মনাওনা ককচিং খুনৌদা লাকলম্মী, মতম অদুদা মচিন-মনাও ইবুধৌগী স্বয়ং মুন্নরম্মী, ময়াম্বনা মখুম (থাঙখুম) পায়হৌদুনা ককচিংদা ইবুধৌ খম্নাংবা লাৎহৌই অদুগা মনাওনা মশা(থাঙ) পুরক্লুনা ককচিং খুনৌদা লাকখি। ময়াংলম্বম অঙাংহল (লূপলাকপা) অমদি ময়াংলম্বম অঙাংজাও (পীবারেল ময়াংলম্বম শাগে) অনিনদি কোন্দিল তাবা পণ্ডিতকী অপোকপা মপাগী মমিং পল্লমদে। মহাক্কি মচানুপী অমা অমসুং মচানুপা অমা থল্লম্মী, লান মনুংদা মচে ইবেম্মনা (মচানুপী) মথ্বাই হিংনবা তম্পাক থাদোক্লুনা চীংদা চেনবা তরম্মী। মতম অদুদা মহাক্কী মৌপুব্রা ভুবোন কির্তি (মচানুপা) য়াম্না পিক্লি। পিক্লিবা অঙাং অদু পুদুনা চৎলবদি খুদোং চাদবা কয়া লাক্কনি খন্দুনা ভুবোল কির্তিবু শুমদুনা থমলম্নগা মচে ইবেম্মনা থব্রাই হিংনবা চেনখিরম্মী । মহাক্না চৎলমদাইদা মৌপুৱাগী লুখুমদা ইবুধৌগী স্বয়ং থল্লমলগা অতৈ ইবুধৌগী পোৎলমশিং হায়বদি চাইথফাল, চিনশেং খুজাই, লুপাগী পুখম অমসুং লাইরিক অমা (ময়াংলম্বম পুয়া)নচিংবদি মহাক্না লোয়নখিরম্মী। মচে ইবেম্মনা লান চেনখিবদগী হল্লক্লুনা খুমুকচম শাগে অমদা ময়ুম পানখ্রে। সোমদনা ভুবোন কির্তিদি চীংমীশিংনা তম্পাক লান কায়রে তাবদ তম্পাক কুমদুনা মৈতৈ তম্পাক কোইবা লাক্লম্মী। হৈখা লমকাংগী চীংমী খরা ককচিং খুনৌ খুল্লক ফাওদুনা চৎলম্মী। মতম অদুদা অঙাং অমা হৌনা হৌনা কপ্লম্মী। চীংমীশিং অদুনা চংশিন্দুনা য়েংবদা মগুন লৈবা অঙাং অমা কনা য়াওদনা ফম্মুং অমগী মথক্তা কপুনা লৈবা থেংনরম্মী অদুগা লুখুমদা ফজব্রবা খুৎপাই চাবা থাঙ অমশু থেংনরম্মী । চীংমীশিং অদুনা অঙাংঅদুগা থাঙ অদুগা পুখিরম্মী, থাং অদুনি ইবুধৌ খম্নাংবগী অশেংবা স্বয়ং । ইবুধৌগী স্বয়ংবু ইরাই লাইনা হেক্তা পল্লগা ইজবা অইবনা কিজৈ অদুবু মীয়ামদা পাউদমজনিংবদগী ঈবুধৌবু পুক্লিং অনি লোঙদনা খুরুমজরগা ইজপ্রবনি। চীংমীশিং অদুনা য়োকখিদুনা অঙাং অদু চাওরে পাখঙ ফারে, শোমদনা ককচিং খুনৌগী ময়াংলম্বমশিংনা ঐখোয়গী পিবা মাঙখ্রে হায়দুনা থিরি । মতম অসিদা ইবুধৌনা মতম ওইরে ফোঙলগে, তমদা লৈরুরগে খন্দুনা মতিক ময়াই ফোঙবা হৌরক্লে, অহিংগী মতমদা চীংমীগী ফক্লাংদা থেৎলিবা থাঙ অদু মৈ

ফোংফোং তোয়না হৌরকই, করিগুম্বা মতমদনা চীংমীগী য়ুম অদু থক-থক নিক্লমই। তৌরিবা থৌদোক কয়া, ফিভমশিং অসি উবদগী চীংমীগী মপুক্লিংদা চিংনবা কয়া পোক্লক্লে। অশুম্না অঙাং অসি অরায়বা অঙাং ওইররোই, থাঙ অসিশু লাইগী শক্তি চেনবা থাঙ ওইরগনি খন্দুনা হান্না লৈরম্বা মফম অদুদা অঙাং অদু অমুক থিনখ্রগে খল্লক্লে। নুমিৎ অফবা য়েংদুনা অঙাং অদু থিনবা লাক্লে, শাগেগী পীবারেল মাঙখ্রে থিরমলিবা ময়াংলম্বম শাগেগী মীশিং অদুগা থেংনদুনা চীংমীশিং অদুনা ব্রারী শিংবুন পুন্নমক লীদুনা তম্বদগী ককচিং খুনৌগী ময়াংলম্বমশিং অদুনা অঙাং অসিনা ঐখোয়গী পিবারেল শোইদ্রে, থাঙ অসিনা ইবুধৌগী অশেংবা স্বয়ংনি খঙলদুনা য়াম্না হরাওনা অঙাং অদুগা ইবুধৌগী স্বয়ং অদুগা লৌহৌরে। হরাওবনা পনখৈ লৈত্রবা ময়াংলম্বম শাগেগী মীশিং অদুনা অথেন পোৎ কয়া লান্দুনা, অঙাং থিনবা লাক্লিবা চীংমীশিং অদুনশু চহি খুদিংগী ইবুধৌগী ইরাৎ থৌনিবা মতমদা অথেন পোৎ কৎপা লাকলমই হায়না অহলশিংনা তাকপীরম্মী। ইবুধৌগী স্বয়ং অসি ককচিং খুনৌদা অহানবা ওইনা ময়াংলম্বম ভুবোন কীর্তিনা পিবারেল ওইদুনা ইরাৎ থৌনিবা হৌখি অদুবু লাইদি হরাওখিদে। অহানবা ওইনা ককচিং খুনৌদা ইবুধৌ খল্লাংবগী স্বয়ং অসি হরাও মথোই তমখিবদি ভুবোন কীর্তিগী মচানুপা অহল ময়াংলম্বম রূপচন্দ্রনা পিবারেল অদুগা মচানুপা য়াইমা কেঙবনা লাইশংবা অমসুং মচানুপা অতোনবা বৃন্দাবন (ওকফা) না লাইশেলুংবা ওইদুনা ইবুধৌগী মীংলেন্না " ময়াংলাইজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপা " হায়না খঙনদুনা হরাও মথোই তমখিবা অসিনি। মসি চাওরাক্লা খৃ: ১৮৬৭ অদুবাইদনি। মতম অদুদা ইবুধৌ অসি চহি অহুম / অহুম লৈরগা অমুমুক হরাওরমই। নোংমদগী হেন্না হরাওরমদে, লাইহৌবগী লাইচনবগী নুমিৎ য়েংনরমদে, ইঙাগী অহানবা লৈবাকপোকপা অসি ইবুধৌগী হরাওবা নুমিৎ ওইরম্মী, মসি মতম শাংনা চৎনরম্মী। পিবারেল ময়াংলম্বম এরাগী মতমদদি চহি খুদিংগী ইবুধৌগী হরাও মথোই তমলে, অদুবু নোংমতমক হরাওবগী চৎনবীদি কায়দনা লৈরম্মী। ইবুধৌ খল্লাংবা হায়বগী মহুত্তা " ময়াংলাইজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপা " হায়না খঙনখিবগী অথুপ্পা ব্রারী লৈ। খল্লাংবা মতম অদুদা ময়াংলম্বম শাগেগীতা নত্তনা ককচিং পুন্নমক্কী ইবুধৌ অদুগা মৈতৈ কংলৈগীনা লাইনিংথৌ ওইরবনি। মরম অদুনা খল্লাংবগী অশেংবা মশক তাকলুরবদি ইবুধৌগী স্বয়ং অসি ককচিং খুনৌ পুন্নমক্কী ওইখ্রগনি, ইবুধৌগী সেবা অসিসু খুনগী

ওইপ্রগনি খন্দুনা খল্লাংবগী মীংলেন অসি " ময়াংলাইজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপা " হায়না খঙনদুনা শাগৈগী পিবারেল ময়াংলম্বম রূপচন্দ্রগী হাক্তক্তগী ইবুধৌগী হরাও মথোই কাবা হৌখি। নোংমতমক হরাওবগী চৎনবী অসি পীবারেল অঙাংজাওগী মতমদদি তোক্তুনা নিনি হুমনি হরাওবা ফাওবা য়াওরম্মী । পিবারেল অঙাংজাওগী মতমদা চহি কয়া ইবুধৌগী হরাওবা খুদোংচাদবা খরদগী ঙম্মখিদ্রে। পিবারেল ময়াংলম্বম অঙাংজাওসু চহি য়ামশিনলক্তুনা লৈখিদ্রে । মহাক্কী মচা ইবোয়াইমা পিবারেলগী মতমদা অমুক হন্না ইবুধৌগী হরাওফম লম লৈদুনা অমদি ইবুধৌগী শঙলেন শাদুনা হরাওবা হৌখি । থবক অসি পাঙথোকপা ঙম্মবা হোৎনবদা ময়াংলম্বম শাগৈগী অহল লমন কয়ানা অচৌবা থৌদাং লৌখি। হৌজিক্তি ইবুধৌ অসি চয়োল অমা চুপ্পা হরাও মথোই তম্লে ।

## ককচিং খুনৌ খুম্ভোকলোনগী মতাংদা ময়াংলম্বম ঁ য়াইমা সিংহ (পেনা খোংবা)গী মত :-

" অথিং, অখুম(অমু) অমসুং সাইতোনঙম্বা অহুমসিনা লুচিংদুনা ককচিংদগী লাকখি। হুইখোঙদা (করবুঙ মরিলদা লৈ), খুন হান্না তাইয়ে । হৌজিক অমুরাবা কৌবা চীঙসিদা মখোয় অহুম তামিন্নে, মফমগী অফ-ফত্ত য়েংই । অসুম্না তৌবা পাম্বসি অমুনা হৌই হায়বদগী অমুরাবা কৌই। হুইখোংনা হাল্লে, অমুরাবনা মথংনি, অকোনবদা হৌজিক তারিবা মফমসিদা খুন তারে , সাইতোনঙম্বনা ময়াংলম্বম ওইরে অদুগা অখুম(অমু) না খুমুকচম ওইরে, অথিংনা থিংনাম ওইরে, অদুগা শামুরোইবা নিংথৌগী মচা নীপা অনি লৈয়ে, অমনা চাউবা অমনা হোংবা কৌয়ে। মচিন মনাও অনিসে থাঙ (ইবুধৌগী স্বয়ং খল্লাংবা) মুন্নবদা খৎনরে। মনাওনা থাঙখুম পায়রে, ময়াম্বনা ককচিং খুনৌদা খুন্দারে, মনাওনা ককচিং খুলেন্দা লৈহৌই। খৎনফমদি মচিন মনাও চীংলক্তনি। ককচিং খুলেন্দা লাৎলিবা খল্লাংবদি থাংখুমনি, ককচিং খুনৌদা লাৎলিবা খল্লাংবনা থাঙ অশেংবনি, মমিংদি লোৎলগা "ময়াংলাইজিং নিংথৌ ময়াংলম্বম অপোকপা " কৌই ।

# *ককচিং খুনৌ খুম্থোকলোন*

## ককচিং খুনৌ খুম্থোকলোনগী মতাংদা থোংঙাম ইবোমচাগী মতঃ-

ইবুধৌ থোংঙাম ইবোমচা সিংহ চহি ৮৬, ককচিং খুনৌ থোংঙাম লৈকাই, শিনফম মৈতৈ মাইবা না ককচিং খুনৌ খুম্থোকলোনগী মতাংদা অসুম্না তাকপীরকই । ককচিং খুনৌনা ইহান হান্না খুন তাখিবা অসি য়ুম মরিনি, থোঙাম শাগৈগী য়ুম অনি, মচিন-মনাওনি, ব্রাইখোমগী য়ুম অমা, থিয়ামগী য়ুম অমা মখোযনা ককচিং খুনৌদা লাকপদা রামানন্দি ধর্ম্ম লৌরক্লে । থোংঙাম হায়রিবা শাগৈ অসিগী হৌরকফমদি শিংজমৈ থোংঙাম লৈকায়দগীনি, শিংজমৈ থোংঙাম লৈকাইদা কোনুংদা অঙম্বা ওইবা নুপা অমা লৈরম্মী, মহাক্কী মচা নিপা অহুম পোকলম্মী, কবিগুম্বা খুদোংচাদবদগী মচা অহুমক লৈত লায়রগী চৈথেংনা অরাবা কয়া নঙলম্মী, অরাবা খরা কোকন্নবগীদমক শিংজমৈ থোংঙাম লৈকাইদগী শেকমাইজিন্দা খুন হোংলকখি, মফম অদুদা ঙা চাক ফাদুনা মতম খরা লৈরম্মী। লৌউ-শিংউ তৌনবা অফবা মফম থিবকপদা এলাংখানপোকপীদা অমুক খুন হোংলকই, হেন্না ফবা মফম থিরকপদা হৌজিক লৈরিবা ককচিং খুনৌ হায়রিবা মফম অসিদা অমুক খুন হোংলকই, মনাও নীপা অতোনবদি, এলাংখান পোকপীদা অদুম্মক লৈহৌরে । মখোয় অনিনা ককচিং খুনৌদা লাকপদা থিয়ামগী য়ুম অমা, ব্রাইখোমগী য়ুম অমা, লোয়নরকই। হৌজিক "ইবুধৌ লমহানবগী" মফম অসি থোঙাম শাগৈগী অহানবা য়ুম ওইখিবা মফমনি, লাই অসিমক ইমুং অদুগী ফুঙ্গা লাইরুদা ফাওরকপা লাইনি। চহি ৫/৬ ইমুং মরি অসিনা য়ুম লিংদুনা খুন তারবা মতুংদা পোৎশঙবম অমসুং পুখ্রম্বমসু লাকই, ব্রাংজিংদগী ওইরম্বা য়াই অসুম্না য়ুম তরুক অসিনা চহি ২০/৩০ মুক লৈরবা মতুংদা ময়াংলম্বম অমসুং খুমুকচম ককচিং খুনৌদা লাকখি । মমাঙদসু পনজগ্রে থোংঙাম শাগৈনা ককচিং খুনৌদা লাকপদা রামান্দি ধর্ম্ম লৌরক্লে, ময়াংলম্বম, খুমুকচমদি মতম অদুদা হিন্দু লাইনিঙ লৌদ্রি।মতম অদুদা মনিপুরগী ককচিং পুম্নমকতগী ককচিং খুনৌগী ককচিংশিংনা শাবা থাঙনা মথৌ লৈবা ইহেন হেল্লম্মী। নিংথৌনা ব্রাফম অসি খঙলকপদগী (মৈতৈ নিংথৌ) ককচিং খুনৌগী ককচিংশিংনা য়োৎ শাবদা অথিংবা অমত্তা পীরমদে, মীগী লৌফম ফন-ফবা ওইসনু, য়ুম ওইসনু য়োৎচাকপু লৈরবদি তৌদুনা য়োৎচাক থিবদা অথিংবা অমত্তা লৈরমদে। অদুনা পুখ্রম্বম, পোৎশঙবম, থিয়াম, ব্রাইখোম অমসুং থোংঙাম না লৈরিবা মফম হৌজিক্কা ইবুধৌ



ককচিং খুনৌ খুন্দারকপদা
হৌদুনা লৈরম্লে থাজনরিবা খোংনাং পাম্বী

## *ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন*

লমহানবগী লাইশঙ শারিবা মফম অসি য়োৎচাক লৈরে হায়দুনা তৌরকপদগী য়ুম থাদোক্তুনা, খরা হাইথরগা য়ুম তাখি, মতম খরা লৈরগদি হৌজিক লৈরিবা ককচিং খুনৌগী থোংঙাম হায়না খঙনরিবা লৈকায় অসিদা লৈখি, মদুদসু অৱাবা কয়া থেংনখি। থিয়াম, অমসুং ৱাইখোমদি ককচিং খুনৌ থাদোক্তুনা চৎখ্রে, অদুগা থোংঙাম, পুৱ্রম্বম, অমসুং পোৎশঙবমদি হৌজিকসু ককচিং খুনৌ থোংঙাম লৈকাইদা লৈরি।

ময়াংলম্বম, খুমুকচমনা খুন অসিদা লাকখিবগী মতাংদসু ইবুধৌ অসিনা অসুম্না তাকপীরকই। ককচিং খুনৌদা হৌজিক লৈরিবা ময়াংলম্বম, খুমুকচমশিং অসি মতম অমদা ত্রিপুরাদগী লাক্তুনা মৈতে লৈবাক্তা লৈখিবনি, মখোয়না অহানবদা উরিপোক্তা খুন লিংদুনা য়ুম তাই, উরিপোক লমদমদগী খৎন -চৈনবা অমা থোকপদগী খুন হোংলকখি। উরিপোক লমদমদগী খুন হোংলকপদা ময়াংলম্বম পিবা য়াওরকখি, ময়াংলম্বম পিবানা উরিপোক্তগী লাকপদা ইবুধৌ খম্নাংবগী স্বয়ং লোয়নরকখি। ময়াংলম্বম, খুমুকচমনা উরিপোক্তগী ময়াংইম্ফাল লম্বীদা লাক্তুনা কৈরক য়াৱা-পুঙদা খুন তাখি। মতম অদুদা হৌজিক কুম্বীদা লৈরিবা মীওইশিংসিগী মপা-মপুশিংসু মতম অমত্তদা চপ মান্ননা খুন হোংলকখিবনি, মখোয়না লমাংদোং লম্বীদা চৎখিবনি। ময়াংলম্বম, খুমুকচমশিংদুনা কৈরক য়াৱা-পুঙদা মতম খরা লৈরম্লগা খুন্দা অফবা থিবা অমুক চৎলম্মী। ময়াংলম্বম শাগৈগী মচিল মনাও অনি ইবুধৌ খম্নাংবগী স্বয়ং মুন্নরম্মী, ময়াম্বনা মখুম পাইহৌদুনা ককচিংদা চৎখি, অদুগা মনাওনিপানা, য়াৱাপুঙদগী খুন্দা অফবা থিবা লাকপা য়াওরকলম্মী, মহাক্না ইবুধৌ খম্নাংবগী স্বয়ং লোইনরকই। খুন্দা অফবা অসুম থিরকপনা ৱাইখোংদা পনখি, ৱাইখোংদা লৈরম্বা মীশিংনা খরা চৎলগা তুরেল মচা অমা কুম্বী কালেন নাইদনা চেনবনি, লৌবুক লমহাংসু লৈবনি, মফম অদুদা খুনফম শেমলগা খুন তারু হায়না তাকলকই। ৱাইখোংদগী লাকপদা মৈখু খুরকপা উরকখি, মৈখু খুরিবসি মী শোয়দনা লৈরমগনি হায়দুনা চঙশিল্লকখি, মফম অদু হৌজিক ককচিং খুনৌ হায় স্কুল লৈরিবা মফম অসিমক্তদনি হায়না অহলশিংনা তাকপীরম্মী হায়না ইবুধৌ থোংঙাম ইবোমচানা তাকপিরকই। হান্না লৈরম্বা মীওইশিং অদুনা লৌ নিন্দুনা লৈরম্বা থেংনবদগী মফম অদুদা চাক থোংদুনা চাম্মীনখি। মফম অদুমক্তদা ময়াংলম্বম, খুমুকচমশিং অদুনা দম্বুর খন্দুনা লৈখি, দম্বুর হায়বা পোৎ

অসি মতম অদুদা ককচিং খক্তনা শিজিন্নে, মখোয়না য়োৎচাক থিদুনা মফম অমদগী অমদা খুন হোংবদা দম্বুর খন্দুনা যুম তাই, কোন্না উনা অমুক যুম শাই। ইহান হান্না ময়াংলম্বম পিবানা ঐগী যুম মফম অসিদা শারগনি মফম অসি ঐনা কল্লবনি, হায়খিবা মফম অদুনি ঙসি ইবুধৌ খল্লাংবা, সেকমাইনিংথৌ অমদি লৈকাই লাকপগী শঙলেন শাদুনা লাই হরাওরিবা মফম অসি । হায়রিবা মীশক অদু অইবনা ময়াংলম্বম কোন্দিল তাবা পণ্ডিত ওইগনি হায়না থাজে। ইবুধৌ অসিনা তাকপিরকপগী মতুংইন্না, হৌজিক "ককচিং খুনৌ হায়স্কুল" মমাঙদা হৌরিবা খোংনাং অমসুং হৈবোঙ পাম্বি অনি অসি মতম অদুদা অদুম হৌদুনা লৈরম্লবা উপালনি হায়না অহলশিংনা তাকপিরকই। মতম অদুদা লাকখিবা মীশিং অসি ৫০/৬০ শুম্বা ওইগনি হায়নসু তাকপিরকই। অদুগা লমাংদোং লম্বীরোমদা চৎখিবা কাঙবু অদুনা হৌজিক কুম্বী হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা যুম লিংদুনা খুন তাখি । ককচিং খুনৌদা খুন্দারিবা খুমুকচম, ময়াংলম্বমশিং অসিগী মপা -মপুশিংগা হৌজিক কুম্বীদা খুন্দারিবা মীওইশিং অসিগী মপা-মপুশিংগা মতম অমতদা খুন হোংলক্তুনা, ময়াংইম্ফাল লম্বীদা লাকপা ককচিং কাংলুপকী মীওইশিংনা ককচিং খুনৌদা, অদুগা অতোপ্পা মীওই কাংলুপ অমনা লমাংদোং লম্বীদা চৎখিদুনা হৌজিকী কুম্বী হায়রিবা মফম অসিদা খুন্দাখি । ককচিং খুনৌদা খুন্দারিবা মীওইশিংগী মপা মপুশিংগা মতম অমদা য়াম্না চান্ন চিন্নরম্মী, খুন হোংলকলবা মতুংদা য়াম্না মতম চঙনা চহি অমা চুপ্পা থীরক্তুনা কুম্বী অমসুং ককচিং খুনৌ অমুক হন্না উনদুনা অশম্বা লম্বী খঙলকপদগী য়াম্না হরাওনখি। মদুদগীদি কুম্বী অমসুং ককচিং খুনৌ চারৌ মৌরৌনবা তৌদনা তুংগী মীরোল ফাওবা চান্ন-চিন্না লৈমিন্নসি হায়নখি ।

## ককচিং খুনৌ খুম্হোকলোনগী মতাংদা সরাংথেম অচৌ সিংহ(পাঙ্গী) না তাকপীরকপা :

সরাংথেম অচৌ সিংহ, অমসুং সরাংথেম শাগে যুমদারোল পুয়াগী মতুং ইন্না ককচিং খুনৌদা খুন্দাদুনা লৈরিবা সরাংথেম শাগে-শিং অসি সরাংথেম লবঙ্গ গী মচা মশুশিং ঙাক্তনি। লবঙ্গ মশাগী চহি ১৬ (তরাতরুক) শুবদা ককচিং খুনৌদা লাকলম্বা

ওইগনি, মহাক্কী হৌরকফমদি হিয়াংথাংদগীনি । লবঙ্গগী মপা ইবুঙো মৈতৈ নিংথৌ শেন্না য়াওরুবদা মায় পাকলক্তবদগী হিয়াংথাংদা লৈবা নুংঙইরক্তবদগী খুন হোংলকপনি। সরাংথেম লবঙ্গনা ককচিং খুনৌদা লাক্তুনা খুমুকচম চনু লাতা পান্নদুনা (১) মাইচোল, (২) শাইতোন (৩) তারং মচানুপা অহুম পোকই ।

" সরাংথেম শাগেগী য়ুমদারোল পুয়া " হায়না মমীং থোনবা লাইরিক অদুদা অসুম্না ইরি - " মাইচোলনা খুমুকচম চনু থবল পান্নদুনা পুসমানজাউ, তোনজাউ মচানুপা অনি পোকই, পুসমানজাউনা অঙোম চনু পিসিন পান্নদুনা মুহোরি পোকই। মুহোরিনা খুমুকচম চনু তরুমালা পান্নদুনা সনাজাউবা , অতোন নবকিশোর মচা নুপা অহুম পোকই। হৌজিক সনাজাওবা চহি ৫৭ শুরগনি, অদুনদি লবঙ্গ অসি চহি ১৫৭ রোম শুরম্না য়ারে । মহাক্কা চহি ১৬ কুম্নদা লাকলম্না তারগদি লমদম অসিদা সরাংথেম শাগেনা লৈরকপা চহি ১৪১ রোম শুরগনি।

## ককচিং খুনৌ খুম্নোকলোনগী মতাংদা খুমুকচম চন্দ্র সিংহগী মত :

ককচিং খুনৌদা লৈরিবা খুমুকচম, ময়াংলম্বম অমসুং থিংনাম অসি মতম অমদা তাখেল লৈবাক্তগী লাক্তুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈখিবনি । মখোয়না অহানবদা লাঙ্গোলদা খুন তাই, মথংদা উরিপোক্তা অমুক খুন তাই । উরিপোক্তগী অমুক থৌবালদা খুন তাই, থৌবালদগী ককচিং মচিন মনাও চীং মনাক্তা খুন তাই, মচিন মনাও চীং মনাক্তগী করবুঙদা অমুক খুন তাই, অদুদগীদি হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা তংদু-লৈতানা লৈখ্রে ।

# অহুমশুবা পন্দুপ
## ককচিং খুনৌগী নিংথৌরোনশিং

### ১। ককচিং খুনৌগী নিংথৌরোনশিং :-

ককচিং খুনৌদা নিংথৌ পানদ্রিঙৈদা খুল্লাকপনা খ্বাইদগী চাউবা ফম ওইদুনা পানলমই, খ্বাইদগী অহানবা খুল্লাকপদি খুমুকচম ঙরিয়াননি। অদুগা অতৈ খুল্লাকপা ওইরম্বশিংদি, খুমুকচম জৈগ সিংহ, থিংনাম লৈকাই, মহাক্কী নুপী পিশিনদ্রায়না খুল্লাকপী, ময়াংলম্বম থব্রান সিংহ, হিজম লৈকাই, খুমুকচম তোনজাও সিংহ থিংনাম লৈকাই, খুমুকচম য়েলাংবা, থিংনাম পুর্নো সিংহ থিংনাম লৈকাই, থিংনাম অহোং সিংহ, খুমুকচম মুদোন সিংহ, অব্রাং লৈকাই, থিংনাম গোপাল সিংহ, থিংনাম লৈকাই, অঙোম তর্পন সিংহ , অব্রাং লৈকাই অসিনচিংবনি ।

***খুমুকচম চন্দ্র সিংহ, না নিংথৌ ওইবা : -***

মহাক্না নিংথৌ ওইখিবগী মতাংদা থিংনাম লুকেশ্বর সিংহ, নিংথৌনা অসুম্না তাকপীরমই । খুমুকচম চন্দ্র সিংহ ককচিং খুনৌগী ইহান হানবা নিংথৌনি। মহাক মতোমতা ঐ নিংথৌনি হায়না মশক তাকচদুনা নিংথৌ ওইখিবনি, ব্রাইখোংদা লাকখিবা সাহেবতা (মাগী ইস্টর্প্রিতরদা লুপা অমা পীরগা) মানা মৈতৈলোন্দা থীনা চৈখি, অর্থনা ফজনা হল্লনখি। সাহেবনা হরাওদুনা মাবু থাগৎখি, নিংথৌনি হায়না মশক খঙখি, অসুম্না খুমুকচম চন্দ্র সিংহ না ককচিং খুনৌগী অহানবা নিংথৌ ওইখি। চন্দ্র নিংথৌ তৌবা ঙন্বা নিংথৌনি, মহাক্কী গার্ড থমখি, ককচিং খুনৌবু হয়েল লমনি নামুংই হায়বসি মহাক্না হৌদোকখিবনি হায়নৈ । মহাক্না নিংথৌ ওইখিবসি চপ চাবা শোক-তরিখ হায়বা ঙমদ্রবসু চাওরাক্না

খৃ: ১৮৯৫ অদুৱাইদা ওইগনি । মতাং অসিদা অইবনা থমজনিংবদি ৱাইখোংদা লাকপা সাহেবনা খুমুকচম চন্দ্র সিংহ বু নিংথৌনি হায়না মশক খঙবা ঙন্নিবসি মখোয়না মনিপুরগী সাসন পাইরবা মতুংদা ওইগদ্রা হায়বসিনি । সাহেবনা (বৃটিস) মনিপুরগী সাসন পায়খিবসি খোংজোম লান মতুংদনি । খোংজোম লান অসি ১৮৯১দা শোক্লখিবনি ।

ককচিং খুনৌদা ওইরম্বা নিংথৌশিং:-

১। খুমুকচম চন্দ্র সিংহ (মতোমতা হাপ্লা) খৃ:১৮৯৫-১৯১০(চাওরাক্লা ওইরম্বা য়াবা)
২। ময়াংলম্বম শাজৌ সিংহ, (চুড়াচান্দনা হাপ্লা) খৃ:১৯১০-১৯১০
৩। থিংনাম রাঘব সিংহ (চুড়াচান্দনা হাপ্লা) খৃ: ১৯১০-১৯৪০
৪। থিংনাম ইবোমচা সিংহ (চুড়াচান্দনা হাপ্লা) খৃ: ১৯৪৩-৪৯
৫। খুমুকচম বীনো সিংহ (বুধচন্দ্রনা হাপ্লা) খৃ: ১৯৪৯-৫৭)
৬। থিংনাম লোকেশ্বর সিংহ (ওকেন্দ্রজিৎনা হাপ্লা) খৃ:১৯৫৭-২০০৫

**ককচিং খুনৌদা সেনাপতি ওইখিবশিংদি :**

খুমুকচম এরা সিংহ, থিংনাম তোনজাও, খুমুকচম বীনো, থিংনাম লুকেশ্বর, ময়াংলম্বম খম্বা, অমসুং খুমুকচম মুদো নি । লূপলাকপা ওইরম্বশিংদি থিংনাম তোনজাও সিংহ, খুমুকচম বীরো , থিংনাম গোপাল, ময়াংলম্বম অঙাহল অমসুং খাইদেম কুল্ল নি ।

**ককচিং খুনৌদা পখঙলাকপা ওইরম্বশিংদি :-**

খুমুকচম ভোবোন, ময়াংলম্বম তরং, খুমুকচম মঙালজাও, অমসুং ময়াংলম্বম অমুনি। অদুগা নহারাকপা ওইরম্বশিংদি, খুমুকচম কেংবা, খুমুকচম তোম্বা, ময়াংলম্বম সঙ্গাইনি। লানজিংবা ওইরম্বশিংদি ময়াংলম্বম সেনাপতি, থিংনাম চাউবা, খুমুকচম অঙাচৌবনি ।

**ককচিং খুনৌগী নিংথৌরোলশিং অমসুং ফমনাইবশিং :**

খুমুকচম চন্দ্র সিংহ না নিংথৌ ওইবা মতমদা ফম ওইখিবশিংদি চপ চানা খঙদ্রে, অদুবু

ওইরমগদ্র থাজবদি

১। খুমুকচম চন্দ্র সিংহ - নিংথৌ।

২। খুমুকচম ইরা সিংহ - সেনাপতি।

৩। খুমুকচম তোনজাও সিংহ - খুল্লাকপা

৪। থিংনাম তোনজাও সিংহ - লূপলাকপা।

৫। খুমুকচম কেংবা সিংহ - নহাবাকপা। মখাদি খণ্ডদ্রে।

*থিংনাম রাঘব সিংহনা নিংথৌ ওইবা মতমদা ফম ওইখিবশিং -*

১। থিংনাম রাঘব সিংহ - নিংথৌ।

২। থিংনাম তোনজাও সিংহ - সেনাপতি।

৩। খুমুকচম য়েলাংবা সিংহ - খুল্লাকপা।

৪। লূপলাকপদি খণ্ডজদ্রে।

৫। খুমুকচম ভোবোন সিংহ - পাখঙলাকপা।

৬। খুমুকচম তোম্বা সিংহ - নহারাকপা।

৭। ময়াংলম্বম সেনাপতি সিংহ - লানজিংবা।

থিংনাম রাঘব নিংথৌগী মতমদা খোংশাই লান থোকখি। লান মনুংদা মহাক্না ককচিং খুনৌগী অকোয়বদা শম্বল থিংদুনা মীশি-মীনা, অকাই-অতোই থোকহনখিদে, মসিগীদমক মহাকপু বৃটিশ সরকারনা সর্টিফিকেটনচিংবা পীদুনা ইকাই খুম্নখি।

## থিংনাম ইবোমচানা নিংথৌ ওইবা মতমদা ফম ওইখিবশিংদি :-

১। থিংনাম ইবোমচা সিংহ - নিংথৌ। ২। খুমুকচম বীনো সিংহ - সেনাপতি।

৩। থিংনাম পুর্নো সিংহ - খুল্লাকপা। ৪। খুমুকচম বীরো সিংহ - লূপলাকপা।

৫। খুমুকচম মঙালজাও সিংহ - পখঙলাকপা।

৬। খুমুকচম তোম্বা সিংহ - নহারাকপা। ৭। থিংনাম চাউবা সিংহ - লানজিংবা।





থিংনাম তোনজাও সংহদা

ককচিং খুনৌগী লূপলাকপা ফম হাপলকপগী চে

মতমদুগী সুপরিন্টেণ্ডেণ্ট ওফ মনিপুর ষ্টেটনা পীরকপা ১৯০২




Parwana No. 3-P.
Imphal, the 4th April, 1963.

Ref:- Palace Office Parwana No. ...P/60-61 dt. 19th May, 1960-61.

In view of the present condition of the important Deities of His Highness the Maharaja ( Mabudhou Thangjanghe and Sekmai-Wingthou) situated in the village of Kakching-khunow - His Highness is pleased to order that Shri Khammkcham Bino Singh be discharged from his post of Wingthou of Kakching Khunou and that in his place Shri Thingnang Lokeshwor singh be appointed as permanent Wingthou of Kakching Khunou with immediat effect in consideration of loyalty shown by him during his Officiating period nearly three years.

Administrator,
Palace.

SECRETARIAT OF HIS HIGHNESS THE MAHARAJA OF MANIPUR.

Copy to :-
(1) Shri Kh. Bino Singh of Kakching Khunou (Awang Leikai) for information.
(2) Shri Th. Lokeshwor Singh of Kakching khunou (Makha Leikai) for information.
(3) Council of Phamnaibas of Kakching Khunou
(4) Pandit Loisang Palac , for information.

( S.Krishna Mohan Singh)
Administrator,
Palace.

থিংনাম লোকেশ্বোর সিংহবু ককচিং খুনৌগী নিংথৌ হাপলকপগী চে মতমদুগী মনিপুরগী মহারাজনা পীরকপা

## ককচিং খুনৌ খুম্ভোকলোন

**খুমুকচম বীনো সিংহ-না নিংথৌ ওইবা মতমদা ফম ওইখিবশিংদি :-**

১। খুমুকচম বীনো সিংহ - নিংথৌ।
২। থিংনাম লোকেশ্বর সিংহ - সেনাপতি।
৩। থিংনাম অহোং সিংহ - খুল্লাকপা।
৪। থিংনাম গোপাল সিংহ - লূপলাকপা।
৫। ময়াংলম্বম অমু সিংহ - পখঙলাকপা।
৬। ময়াংলম্বম সঙ্গাই সিংহ - নহারাকপা।
৭। খুমুকচম অঙাচৌবা সিংহ - লানজিংবা।

**থিংনাম লোকেশ্বর সিংহ-না নিংথৌ ওইবা মতমদা ওইখিবা ফমথোল তরেৎকী মমীংশিংদি :-**

১। থিংনাম লোকেশ্বর সিংহ - নিংথৌ।
২। ময়াংলম্বম খম্বা সিংহ - সেনাপতি।
২। খুমুকচম মুদোন সিংহ - সেনাপতি।
৩। অঙোম তর্পন সিংহ - খুল্লাকপা।
৩। থিংনাম গোপাল সিংহ - খুল্লাকপা।
৪। ময়াংলম্বম অঙাহল সিংহ - লূপলাকপা।
৪। খাইদেম কুল্লা সিংহ - লূপলাকপা।
৫। ময়াংলম্বম অমু সিংহ - পখঙলাকপা।
৬। ময়াংলম্বম সঙ্গাই সিংহ - নহারাকপা।
৭। খুমুকচম অঙাচৌবা সিংহ - লানজিংবা।

থিংনাম লুকেশ্বরনা নিংথৌ ওইবা মতমসি ফম লোনবা মতম হায়না খঙনৈ, সেনাপতি অনি, খুল্লাকপা অনি, লূপলাকপা অনিনি। ফমফমদি অহানবদা লুকেশ্বর, খম্বা, মোদোন, তর্পন, গোপাল, অঙাহল, কুল্লা, অমু , সঙ্গাই, অমসুং অঙাচৌবা মথং-মথং অসুম্না ফমই।

## মরিশুবা পন্দুপ

## ককচিং খুনৌদা শিক্ষা লাকপা

### শিক্ষাগী লমদা :-

ককচিং খুনৌদা মোদর্ন এডুকেসন লাকখিবসি খৃ: ১৯১০ অদুব্রাইদগীনি, মসিগী মমাঙদা লাইরিক হৈবদি লৈরমলে, ঈংলিস হৈবদি লৈরমদ্রি। লমদম অসিদা অনৌবা এডুকেসন ফংখিবা অহানবা মীওইশিংদি,

১। ময়াংলম্বম অমুদোন সিংহ

২। ময়াংলম্বম চন্দ্র সিংহ

৩। ময়াংলম্বম অঙাংজাও(যত্রা) সিংহ

৪। খুমুকচম জগ সিংহ

৫। থিংনাম পুর্নো সিংহ (সেনাপতি)

৬। খুমুকচম শিতোরো সিংহ অমসুং

৭। ময়াংলম্বম ইবোমচা সিংহ

৮। ময়াংলম্বম অঙাহল সিংহ অসিনচিংবনি।

মখোয়বু তম্বীখিবা ওজাদি কৈশাম ভৈজাও সিংহ, হাওবম মরক, ইম্ফালদগীনি। মহাক ককচিং খুনৌদা লাকপা ইহান হানবা ওজানি। মহাক্না ককচিং খুনৌদগী খুমুকচম নিঙোল ব্রজমালা পান্নদুনা লমদম অসিদা শিক্ষাগী মঙাল শন্দোকখি। মহাক্না ককচিং খুনৌদা লাকখিবসি খৃ: ১৯১০ অদুব্রাইদা ওইগনি। মহাকী ছাত্রশিংগী মনুংদা

# ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন

খুমুকচম ঁশিতোরো সিংহ অসি ককচিং খুনৌগী অহানবা উচ্চ প্রাইমারি পাস তৌবা মীশক্নি। মহাক্না ওজা কৈশাম ভৈজাওগী লমজিং মখাদা পেতিগ্রু এম:ই: স্কুল শিংজমৈদা, লংথবালদা লৈদুনা পরিক্ষা থাখি। পেতিগ্রু এম:ই: স্কুল অসি ৱীলিয়ম পেতিগ্রু কৌবা নুপা অমনা লিংখৎলম্বনি, মহাক ইম্ফালদা খৃ: ১৮৯৪ ফেব্রুৱারি তাং ৬ তা থুংলখি। মহাক্কী অশেংবা পান্দমদি মনিপুরদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপনি। মহাক মনিপুর পুম্নমক্কী ইন্সপেক্টর ওফ স্কুল গী ফম পায়রম্মী। খুমুকচম ঁশিতোরোনা উচ্চ প্রাইমারি পরিক্ষা পাস তৌখিবসি চাওরাক্না খৃ: ১৯২০ অদুৱাইদনি। ককচিং খুনৌদা অহানবা লিংখৎখিবা স্কুল অদুগী অহানবা ওজা কৈশাম ঁভৈজাও সিংহগী মতমদা স্কুল অদুগী চৌকিদার ককচিং খুনৌ অৱাং লৈকাইদগী থিংনাম ঁখাবানা ওই।

ওজা কৈশাম ঁভৈজাওগী মতুংদা ককচিং খুনৌদা লাকখিবা ওজা ঁচোলো গী ছাত্রশিংদি ময়াংলম্বম হেরামোত, ময়াংলম্বম লুকের, ময়াংলম্বম ইরা, খুমুকচম খোমদোন অমসুং খুমুকচম চুড়া নি। মখোয়গী মরক্তগী ময়াংলম্বম হেরামোত ইম্ফালগী রাম লাল পাওল স্কুলদা মাইনর পাস তৌখি। মহাক্না মাইনর (ক্লাস-সিক্স)পাস তৌখিবসি ১৯৩৫ দনি, অদুগা মহাক্না ককচিং খুনৌগী অহানবা মাইনর পাস তৌবনি। মহাক্না মাইনর হেক পাস তৌবগা ককচিং খুনৌ প্রাইভেট এল: পি: স্কুল লিংখত্তুনা লমদম অসি অনৌবা শিক্ষা পীবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মসিগী মতুংদা ময়াংলম্বম ববুধোন সিংহনা মেট্রিক পাস তৌবা অহানবা ককচিং খুনৌ মচা ওইখি। খৃ: ১৯৫৩ দা মহাক্না মেট্রিক পাস তৌখি। মহাক এডিসনেল এস: পি: ওইনা থবক্তগী পোথাখি.। খৃ: ১৯৫৪ দা থিংনাম ইন্দ্রজিৎ অমসুং থিংনাম কেবোল সিংহ মেত্রিক পাস তৌখি, খৃ: ১৯৫৫ দা ময়াংলম্বম থম্বালজাও, খুমুকচম মনিহার, অমসুং খুমুকচম তেজমনি সিংহনি। ককচিং খুনৌদা অহানবা লাকখিবা ওজা কৈশাম ঁভৈজাও অসি খৃ: ১৯১০ দগী ১৯১৫ ফাওবদা ওইগনি। মহাক্না ককচিং খুনৌ এল:পি: স্কুলগী অহানবা ওজানি। মসিগী মথংদা ওজা হেরামোতকী প্রাইভেট স্কুল খৃ: ১৯৩৫দা লিংখৎখি। ককচিং খুনৌ মিদল ইংলিস স্কুল খৃ: ১৯৪৬, ককচিং খুনৌ হায় স্কুল খৃ: ১৯৫৮ অসিনচিংবনি।

## ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন

**লমদম অসিগী মরমদা মরুওইনা শিংথাবা য়াবা খরা :-**

*খুমুকচম ফাইরেন (কৈন্যাপা) না অইববু পোকপদা হায়রম্বা খরা: -*

মহাক খোংজোম লান লোইরবা মতুংদা মফমদুদা ঈরুপ্পা চৎলুই। মহাক্না মোহোরি ওইবা মতমদা ককচিং খুনৌদা য়ুম ১১৩ (চামা তরাহুমদোই) লৈ হায়রমই। খুমুকচম ফাইরেন ঈশৈহনবা, মহাভারত, রমায়ন ফজনা পাবা, উ-শুবদা মশক নাইবা, চহি ৯০ মুক পুন্সিরম্বা মীশক অমনি। মহাক খৃ: ১৯৫৫ অদুব্রাইদা লৈখিদে।

থিংনাম লুকেশ্বর সিংহ নিংথৌ না তাকপিরম্বদা মহাক্না খৃ: ১৯৪৩ দা ককচিং খুনৌগী সেনাপতি ওইবা মতমদা ককচিং খুনৌদা য়ুম ৩৫০ (চাহুম য়াঙ্খে) লৈরে। হৌজিক হৌজিক ককচিং খুনৌদা লৈরিবা অচৌবা পুঙ অসি খুমুকচম বীরো সিংহ না ব্রইখোংদগী পুরকপনি। মহাক থোইদোক্না মরিল লৈবা মীশকনি। মহাকপু মীয়াম্না য়াম্না কিনৈ। চীংমীশিংনা কৈ কিদে বীরো সিংহ কি হায়নৈ।

খুমুকচম বনমালি অসি ককচিং খুনৌগী অহানবা ঈশৈহনবনি। মহাক্না ককচিং খুনৌদা ইহান হান্না গৌরিয়া ধর্ম্ম লৌখিবা মীশকনি হায়নৈ। পুঙ য়ৈবা অহানবা বোরাচাউবা, পঞ্জি অহানবা চাউবীহলপা, ওজা অহানবা কৈশাম ভৈজাও, নিংথৌ পাল্লবা মতুংদা অহানবা খুল্লাকপা ওইখিবদি খুমুকচম তোনজাও নি। লমদম অসিদা অহানবা লিংখৎখিবা সোসিএল ক্লবতি পোপুলর ক্লবনি, খৃ: ১৯৫৯ দা লিংখৎখি। মথংদা খুনখা সোসিএল ৱেলফিয়ার ক্লব, খৃ:১৯৬২ দা লিংখৎখি।

ককচিং খুনৌদা অহানবা উচ্চ প্রাইমারি পাস তৌবা খুমুকচম শিতোরো সিংহ (খৃ: ১৯২০ অদুব্রাইদা), মাইনর পাস তৌবা অহানবা ময়াংলম্বম হেরামোত খৃ: ১৯৩৫, মেট্রিক পাস তৌবা অহানবা ময়াংলম্বম বাবুধন সিংহ, খৃ: ১৯৫৩ দা।



ককচিং খুনৌদা ইহান হান্না লিংখৎখিবা,
ককচিং খুনৌ পোপুলার ক্লবনা শীন্দুনা তৌখিবা কোচিং ক্লাসকী
ওঝাশিংগী অপুনবা ফোটো (১৯৬২)

## মণ্ডাশুবা পন্দুপ
### ব্রহ্মণ লাকখিবা

**ককচিং খুনৌদা ব্রাহ্মণ লাকখিবা :-**

গৌরীয় সম্প্রদায়না মপুং ওইনা খুন্দাদুনা লৈবা লমদম অসিদা ব্রহ্মণনা তৌদবা য়াদবা থৌদাং কয়া মতম শাংনা তৌদুনা লাক্লবা য়ুম্লাক্তি ককচিংতাবমনি। ককচিংতাবমনা হৌজিক লৈরিবা অতৈব্রহ্মণগী য়ুমনাকশিং, গুরুময়ুম, হিদংময়ুমনচিংবদগী হান্না লৈরক্লবনি। ককচিংতাবম বাপুচাউবা শর্ম্মা অসি মশাগী চহি ১৬ তা লমদম অসিদা লাকখি, মহাক্লা লম্‌দম অসিদা লাকপা চহি ১০৭ (চামগা তরেৎ) রোম শুরগনি হায়না পাবুং ব্রজমনি শর্ম্মনা তকপীরকই । অদুগা হিজম অমসুং ঙাইখোং তম্পাকয়ুমগী গদিগী মন্দিরদা ব্রহ্মণগী থবক থৌরম কয়া পুদুনা অরিবম সোতোরো শর্ম্মা কৌবা ব্রহ্মণ অমা লৈরমই। মহাক ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফালদগী লাকপনি । অদুবু অরিবম সোতোরো শর্ম্মা মচানুপা অমত্তসু থম্লমদনা য়াম্লা নৌনা নোঙ্গাগ্রে। অসুম্না ককচিং খুনৌদা অরিবম শগৈগী চাদা নাউন্দা অমত্তা লৈহৌদ্রে।

## তরুকশুবা পন্দুপ
## ইরাৎ থৌনিবা অমসুং লিশাংশিংনা চৎনরকলবা থৌরমশিং

১ / *লাই-শা তানবা :-* লমদম অসিদা শা-তানবা চহি খুদিংগী ইবুধৌ খল্লাংবা অমসুং সেকমাইনিংথৌবু খুরুমজবগা লোয়ননা তৌদ্রবা য়াদবা থৌরম অমা ওইনা চহি কয়াগী মমাঙদগী চত্থরকই । চহি খুদিংগী লমতা থাগী পানখৎলকপদা লাই শা-তানবা চৎলি । য়ুমথোং খুদিংগী নহা-অহল খাক্তনা নুপা অয়াম্বা শা ফাবা চৎলি । লালু শাদুনা (শা-তানবা চৎপা মীদুনা চনবা) শা ফাবা চৎপদা পুনৈ । ফারকপা শা অদু ইবুধৌ খল্লাংবদা কৎলি। মাইবা মাইবী য়াওদুনা ইবুধৌদা ফারকপা শা অদু কচ্চদুনা ইবুধৌবু থৌনি । শা ফারকপা মী অদুদা মানা পী, থৌরম অসি খুনগী নিংথৌ, খুল্লাকপা, লূপলাকপা, সেনাপতিনচিংবা য়াওনা পাংথোকই , লাই শা-তানবা অসি চহি অমদা অনিরক পাঙথোকই । অহানবা শা তানখ্রবা মতুং অমুক লাই শা তাল্লি । অকোনবগী ফারকপা শারমশিংদুদি ইবুধৌ সেকমাই নিংথৌদা কৎলি । লাই শা তানবা ককচিং খুনৌ লমদা চহি কয়াগী মমাঙদগী চত্থরক্লবা অচৌবা থৌরম অমনি, অদুবু ঙসিদি থৌরম অসি মমীংগীতা ওইনা পাংথোকলে । থৌরম অসিগী কান্নবা য়াম্না লৈ, মী য়াম্না তাদ্রিঙৈ, উ-ৱা মরাং কায়না হৌরিঙৈদা উমংগী শাশিংনা মীওইবগী পুন্সি অমসুং শিনফমদা অকায়বা কয়া পীরম্মী, ককচিং খুনৌ অসিমক চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা মফম অমা ওইবনা শা-কৈ শিংনা লান্দারকপগী অকিবা য়াম্না লৈরম্বা মফম অমনি ।

২ / *মৈবুল ফুবা :-* লমতা থাগী য়াওশং মতুংগী অহানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা পাংথোকপা মৈবুল ফুবা হায়বা থৌরম অসি লমদম অসিগী য়াম্না মরু ওইবা থৌরম অমনি । নুমিৎ

## *ককচিং খুনৌ খুম্বোকলোন*

অসিগী হেক য়াচংলকপগা ওই থংবা খুৎনা য়াংকোক অমা পায়রগা য়েৎ থংবা খুৎনা ফুংগাদগী মৈহুম অনি লৌরগা , মৈহুম অমনা ওই থংবা খুৎনা য়াংকোক কা পুন্না পাই, মৈহুম অমনা য়েৎ থংবা খুৎনা পায়দুনা য়ুমগী কাচিন খুদিংদগী মৈহুমনা য়াংকোক্তা ফুদুনা "তিঞ্জা লাইজা থোকলো, তিনমু লাইমু থোকলো " হায়না কন্না কন্না লাউদুনা তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা তানখোক্নৈ। অসুম্না য়াংকোক অদুদা মৈহুম অদুন, ফুদুনা "তিঞ্জা লাইজা থোকলো তিনমু লাইমু থোকলো " হায়দুনা ককচিং খুনৌগী মমাং চপ্তক ফাওদুনা চেল্লিবা তুরেল (তোর্বান) নামদা নাকল্দগী মৈহুম অদুনা। হনখিল্লকপদা ওসাই পুখিবা য়াংকোক অদু ইমুংদা পুশিল্লক্তে শঙ্গোয়দা উপ্তুনা থম্মী। তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা তাম্বোকপা হেৎ লোয়রগা, মুকনা শান্নদুনা যাত্রা খল্লি, নুমিৎ অদুদা অরাকপা খুদিংমক থেংনহন্দুনা পুন্নমকপু মুক্না থাবা ঙম্বা মীশক অদুনা মমাঙ চহিগী যাত্রা অদুগা মুক্না শান্নরগা মাই পাকপা অদুনা চহি অমা চুপ্পা ককচিং খুনৌগী যাত্রা ওইগনি। ঙল্লিহৈ মতমদদি খুনগী যাত্রা হায়বসি মীনা ইজৎ ব্যেবহার তৌনবা খুনগী মরুওইবা মীশক অমনি। হৌজিক্তি তিনমু লাইমুদমক তাম্বোকই যাত্রাদি খন্নদ্রে।

*৩। নামুংবা :* - নামুংবা হায়বা থৌরম অসিসু লমদমসিগা শাগোন্নরক্রবা চহি খুদিংগী কায়দনা চত্থরকলিবা থৌরম অমনি। লমতাগী মৈবুল নোংঙানবগী শগোলশেল নুমিত্তা পাংথোকপা নমুংবা হায়রিবা থৌরম অসিগী চপ চাবা হৌখিবা মতম খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু অহল খরগী মত মতুং ই ন্না খুমুকচম চন্দ্র নিংথৌনা হৌদোক্লম্বনি হায়নৈ, অদুবু থৌরম অসি ময়াংলম্বম শাগৈগা য়াম্না নক্লবা থৌরম ওইনসু তৌই, অইবনা য়াম্না অঙাং ওইনা খঙহৌবদা শগোলশেল নুমিৎ অসিদা নুমিত্তুদা শিজিন্নবা ওক্নদবা ঈশিং পুম্নমক হোনজিন্দুনা থম্মী, নুমিৎ মঙ্গোল ময়াই য়ৌবদগীদি ঈশিং লেংবা য়াদ্রে, শোকচিন্দুনা থমহৌবা ঈশিং অদুদমক শিজিন্নৈ। ইরাই নুমিৎকী নোংঙাল্লকপা পুং তরেৎ অদুবাইদা ময়াংলম্বম শাগৈগী পিবারেল ময়াংলম্বম অঙাংজাওনা হান্না ঈশিং লেংই, অদুদগীদি, ঈশিং লেংবা য়ারে হায়দুনা পুত্রিদা চত্তুনা মাই মিৎ তাথোকই। চহি ৩০/৪০ মুক্তি মমাঙদদি ইরাই নুমিৎকী নুমিৎ চুরি তাবা মতম পুং ১২ অদুবাইদা ঈশিং লেঙনরম্মী হায়না অহলশিংনা তাকপীরকই। ময়াংলম্বম অঙাংজাওগী মমাঙদা ময়াংলম্বম ইরানা ঈশিং লেঙলম্মী।

নামুংবা নুমিত্তা য়েঙ্খাং অহাওবা থোংদুনা চাই, থবক শুনদে, নুঙাইনা লৈনৈ, শান্ন-খোৎনবা তৌই, ষণনচিংবা ব্রাইনহন্দুনা কুম্মে য়েংবসু য়াওই।

*৪। ঈশিং থোকপী হরাওবা :-* লমদম অসিদা ইঙা ইঙেনদা নোং তাদদুনা লৌ পানবা য়াদ্রবদি ঈশিং থোকপী হরাওই, মাইবা মাইবী য়াওদুনা ঈশিং থোকপী লাইরেম্বী মাবু খুরুমজরবদি নোং তাগনি হায়বসি লমদম অসিদা লৈরিবা মীওই কয়াগী থাজবনি। ককচিং খুনৌ খুনজিন্দা লৈরিবা খন্নাংবা, সেকমাই নিংথৌ, লৈকাই লাকপগী লাইকোন লৈরিবা মফম অসিমক্তদা ঈশিং থোকপী লাইরেম্বী খুরুমফমসু লৈ।

*৫। পুকশ্রি লাইরেম্বী :-* লমদম অসিদা মহৈ মরোংশিংদা তীন তাদুনা কা হেন্না অমাঙ অতা থোক্লবদি পুকশ্রি লাইরেম্বী হরাওই, মরুওইনা মৈতৈশিংগী মরুওইবা চিঙাক ওইরিবা ফৌদা তীন তাবা মতমদা পুকশ্রি লাইরেম্বী হরাওই। ককচিং খুনৌদগী কৌব্রু পাংনা চৎলগা ইথাই লম্বীদা পুকশ্রি লাইরেম্বীগী খুবম লৈ, পুকশ্রি লাইরেম্বীগী অথুপ্পা ব্রারী শীংবুন কয়া অমসু লমদম অসিগী ফুঙ্গা ব্রারী ওইনা লৈ।

## তরেৎশুবা পন্দুপ

## য়ুম্নাক শাগৈ অমসুং পারি পুরিগী চহি লেপ্পা

লমদম অসিদা হৌজিক হৌজিক মীশিং লিশিং তরামঙারোম, লৌউ-শীংউ তৌনবা লৌফম পরি লিশিং অনি রোম লৈ । লমদম অসিদা পুন্না খুন্দামিন্নরিবা য়ুমনাকশিংদি : -

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | খুমুকচম | ২। | ময়াংলম্বম | ৩। | থিংনাম |
| ৪। | সরাংথেম | ৫। | ক্ষেত্রিময়ুম | ৬। | অঙোম |
| ৭। | কৈশাম | ৮। | খাইদেম | ৯। | সনসম |
| ১০। | নিংথৌজম | ১১। | ইরোম | ১২। | খুন্দ্রাকপম |
| ১৩। | ওইনাম | ১৪। | খোংবানতাবম | ১৫। | নাওরেম |
| ১৬। | ককচিংতাবম | ১৭। | গুরুময়ুম | ১৮। | হিদংময়ুম |
| ১৯। | থোংঙাম | ২০। | পোৎশঙবম | ২১। | পুখ্রমবম |
| ২২। | হুইদ্রোম | ২৩। | সলাম | ২৪। | ইরেংবম |
| ২৫। | থৌনাওজম | ২৬। | লোইতোংবম | ২৭। | খাঙেনবম |
| ২৮। | খুমনথেম | ২৯। | সিনাম | ৩০। | য়েংখোম |
| ৩১। | ঙাশেপম | ৩২। | তখেলম্বম | ৩৩। | য়ুমনাম |
| ৩৪। | নহাকপম | ৩৫। | নিংথৌজম | ৩৬। | অচোম |
| ৩৭। | থোকচোম | ৩৮। | লাইশ্রম | ৩৯। | সাপম |
| ৪০। | হৈক্রুজম | ৪১। | অমোম | ৪২। | লাইরেনজম |
| ৪৩। | লৈমপোকপম | ৪৪। | চিংথাম | ৪৫। | হৈস্নাম |
| ৪৬। | অধিকারিময়ুম | ৪৫। | নোংমাইথেম | | |

য়ুম্নাকশিং অসিগী মনুংদা খুমুকচমনা মশিং খ্বাইদগী য়াম্মী, মথংদা ময়াংলম্বমনি, থিংনাম,

অঙোম, সরাংথেম, ক্ষেত্রিময়ুমসু মশিং য়ামই, অতৈ য়ুম্নাকশিংদি মশিং ইয়াম য়ামদে।

*ককচিং খুনৌদা খুমুকচম পু মপুং ওইনা মঙা লৈ, মখোয় অদুদি :-*

১। খুমুকচম মনিচন্দ্রা সিংহনা পিবা ওইবা পু অমা।

২। খুমুকচম অচৌবা সিংহ না পিবা ওইবা পু অমা।

৩। খুমুকচম ভৈগ্যাচন্দ্র সিংহনা পিবা ওইবা পু অমা।

৪। খুমুকচম শ্যামকেশ্বর সিংহনা পিবা ওইবা পু অমা।

৫। খুমুকচম সেখোর সিংহনা পিবা ওইবা পু অমা।

পু মঙা অসিগী মথক্তা লমদম অসিদা নৌনা লাকখিবা খুমুকচম পু খরসু লৈ, অদুবু ককচিং খুনৌ খুল তারকপদা খুমুকচম ইমুং মঙা অসি লাকখি, হৌজিক ককচিং খুনৌদা লৈরিবা খুমুকচমশিং অসি পু মঙা অসিগী চাদ নৌদ ওইগনি। মতম অদুদা লাকখিবা ইমুং মঙা (খুমুকচম) অদুগী য়ুম্বুরেলশিংগী মমিংদি :-

১। খুমুকচম বীরো সিংহ (চহি ১৯৯রোম শুরগনি)

২। খুমুকচম খোম্বা সিংহ (চহি ২১৩ রোম শুরগনি)

৩। খুমুকচম ঙারিয়ান সিংহ (চহি ১৯৫ রোম শুরগনি)

৪। খুমুকচম কহ্নাই সিংহ

৫। খুমুকচম থৌবা সিংহ ( চহি ২১১ রোম শুরগনি) নি।

*খুমুকচম বীরোগী চাদা নাউদা য়েংসি :-*

খুমুকচম বিরো সিংহ

খুমুকচম খাবা

খুমুকচম গোকুল

খুমুকচম কোমোল

খুমুকচম থমজাও

খুমুকচম মনিচন্দ্রা

অহলশিংনা তাকপিরকপগী মতুং ইন্না খুমুকচম বীরো সিংহ মশাগী চহি ১৩ রোম শুবদা চহি তরেৎ খুন তাকই। মহাক থোইদোক্না মরিল লৈবা থৌনা ফবা মীশকনি। মহাক্কী

## *ককচিং খুনৌ খুম্বোকলোন*

মচে অমসুং ময়াম্বশিংদি চহি তরেৎ খুন্তাকপদা ম্যেনমারদা চৎখ্রে, মহাক মথন্তা লৈহৌবনি। হৌজিক মশাগী চহি ১৯৯ রোম শুরগনি হায়না অহলশিংনা তাকপীরকই। খুমুকচম বীরোগী অপোকপা মপাগী মমিং খঙবা ঙমদ্রে।

*১। খুমুকচম খোম্বগী চাদা নাউদা অমুক য়েংসি :-*

খুমুকচম খোম্বা

খুমুকচম অচৌ

খুমুকচম চাওবা

খুমুকচম তোয়াইমা সিংহ

খুমুকচম চাওবা সিংহ

খুমুকচম থম্বৌ সিংহ

খুমুকচম অচৌ সিংহ

খুমুকচম খোম্বা অসি চহি ২১৩ রোম শুরগনি, মহাক ককচিং খুনৌদা খুন হোংলকপদা য়াওরকপা মীশক ওইগনি, মহাক্কী অপোকপা মপাগী মমিং খংবা ঙমদ্রে।

*৩। খুমুকচম ঙরিয়ানগী চাদা নাউদা য়েংসি :-*

খুমুকচম ঙারিয়ান

খুমুকচম জগ সিংহ

খুমুকচম ভুবোন সিংহ

খুমুকচম শঙ্গইজাও সিংহ

খুমুকচম মেঘ সিংহ

খুমুকচম চুড়া সিংহ

খুমুকচম ভাগ্যচন্দ্র সিংহ

খুমুকচম ঙারিয়ান হৌজিক মশাগী চহি ১৯৫ রোম শুরগনি, মহাক ককচিং খুনৌদা খুন হোংলকপদা য়াওরকপা মীশ্কনি, ককচিং খুনৌদা ইহান হান্না উচ্চ প্রাইমারী পাস তৌখিবা খুমুকচম শিতোরো মহাক্কী চাদ নাউদানি। খুমুকচম ঙারিয়ান অপোকপা মপাগী মমিং খঙবা ঙমদ্রে।

*৪। খুমুকচম কহ্নাইগী চাদা নৌদা অমুক য়েংসি :-*

খুমুকচম কহ্নাই সিংহ

খুমুকচম কৈফা সিংহ

খুমুকচম নোংবান সিংহ

খুমুকচম ইবোয়াইমা সিংহ

খুমুকচম শ্যামকেশ্বর সিংহ

হৌজিক খুমুকচম কহ্নাই অসি চহি ১৬১ রোম শুরগনি মহাকপু পোকপা মপাগী মমিংদি খঙবা ঙমদ্রে।

*৫। খুমুকচম থৌবগী চাদ নৌদা অমুক য়েংসি :-*

খুমুকচম থৌবা

খুমুকচম ওফে

খুমুকচম শিংখো

খুমুকচম হেরা

খুমুকচম চম্প্রাতোন

খুমুকচম অমুসনা

খুমুকচম শেখোর

খুমুকচম থৌবা অসি মশাগী চহি ২১১ (চানি তরামথোই) গুম্বা শুরগনি, মহাক ককচিং খুনৌদা খুন হোংলকপদা য়াওরকপা মীশক ওইগনি। মহাকপু পোকপা মপা ইবুঙোগী মমিংদি খঙ্জদ্রে। অসুম্না য়ামদ্রবদা ককচিং খুনৌদা খুন হোংলকপদা খুমুকচম শাগৈগী য়ুম(ইমুং) মরি / মঙা শোইদনা লাক্লমগনি।

*ককচিং খুনৌদা ময়াংলম্বম শাগৈগী পু তরুক লৈ।*

১। ময়াংলম্বম কুমারনা পিবা ওইবা পু।

২। ময়াংলম্বম সীতলনা পিবাওইবা পু।

৩। ময়াংলম্বম অঙৌবনা পিবা ওইবা পু।

৪। ময়াংলম্বম মেম্বরনা পিবা ওইবা পু।

৫। ময়াংলম্বম মনিনা পিবা ওইবা পু।

৬। ময়াংলম্বম মংলেমজাওনা পিবা ওইবা পু।

*১। ময়াংলম্বম কোন্দিলতাবগী চাদা নাউদা :-*

ময়াংলম্বম কোন্দিলতাবা পণ্ডিত

ময়াংলম্বম ভুবনকীর্তি

ময়াংলম্বম রূপচন্দ্র

ময়াংলম্বমএরা

ময়াংলম্বম অঙাংজাও

ময়াংলম্বম ইবোয়াইমা

ময়াংলম্বম কুমার

হৌজিক ময়াংলম্বম কোন্দিলতাবা পণ্ডিত অসি চহি ২১০ রোম শুরগনি, মহাক ককচিং খুনৌগী অহানবা খুন্দাবদা য়াওরকপা মীশক্তি হায়না অহলশিংনা তাকপীরকই, মহাক্কা ককচিং খুনৌদা লাকপদা "ইবুধৌ ময়াংলাইজিং নিংথৌগী" স্বয়ং লোয়নরকই। কৈরকতগী মহাক ককচিং খুনৌদা লাকপনি, মহাক্কী ময়াম্বা/ মনাও অমা ককচিং খুল্লেন্দা লৈহৌই, হায়নসু অহলাশিংনা তাকপীরকই।

*২। ময়াংলম্বম সীতল না পিবা ওইবা পুগী পারি পুরি :-*

ময়াংলম্বম থংগোং

ময়াংলম্বম পত্র

ময়াংলম্বম তোনজাও

ময়াংলম্বম (১) পানজাবা (২) তাম্রধ্বজ, (৩) হেরামোত ★

ময়াংলম্বম সিতল

হৌজিক ময়াংলম্বম থংগোং অসি মশাগী চহি ১৮০ রোম শুরগনি, মহাক্কী অপোকপা মপাগী মমিংদি খঙজদ্রে।

*৩। ময়াংলম্বম অঙৌবনা পিবা ওইবা পুগী পারি পুরি :-*

ময়াংলম্বম শঙ্গাইজাও

ময়াংলম্বম য়াইমা

ময়াংলম্বম সনায়াইমা

ময়াংলম্বম অঙৌবা

হৌজিক ময়াংলম্বম শঙ্গাইজাও অসি মশাগী চহি ১৪৬ রোম শুরগনি, মহাকপু পোকপা মপাগী মমিংদি খঙজদ্রে।

*৪। ময়াংলম্বম মেম্বরনা পিবা ওইবা পুগী পারি পুরি :-*

ময়াংলম্বম দেব

ময়াংলম্বম মনিক

ময়াংলম্বম খমতোন

ময়াংলম্বম মাইপাক

ময়াংলম্বম মেম্বর

হৌজিক ময়াংলম্বম দেব অসি মশাগী চহি ১৫০ রোম শুরগনি মহাকপু পোকপা অপোকপা মপাগী মমিংদি খঙজদ্রে।

*৫। ময়াংলম্বম মনিনা পিবা ওইবা পুগী পারি পুরি :-*

ময়াংলম্বম লালানবা

ময়াংলম্বম চাওবা

ময়াংলম্বম শাইতোনঙম্বা

ময়াংলম্বম মোনথা

ময়াংলম্বম অথিং

ময়াংলম্বম গৌরশ্যাম

ময়াংলম্বম চাওবা

ময়াংলম্বম তরং

ময়াংলম্বম ইবোমচা

ময়াংলম্বম মনি

ময়াংলম্বম অথিং অসি পু অসিগী ককচিং খুনৌ অহানবা লাকখিবা মীশক ওইরম্বা য়াই,

## *ককচিং খুনৌ খুম্ভোকলোন*

মহাক মশাগী চহি ১৯৫ রোম শুরগনি।

*ময়াংলম্বম মংলেমজাওনা পিবা ওইবা পুগী পারি পুরি :-*

ময়াংলম্বম মোতে, ময়াংলম্বম শাজৌ ★

ময়াংলম্বম মত্রি

ময়াংলম্বম মঙ্গিজাও

ময়াংলম্বম মংলেমজাও

ময়াংলম্বম মোতে মশাগী চহি ১৪৫ রোম শুরগনি, মহাক্কী মপাগী মমীংদি খঙজদ্রে।

*ককচিং খুনৌদা থিংনাম শাগৈগী পু অহুম লৈ।*

১। থিংনাম পুর্নোজাও সিংহ, তরুং লৈকাইনা পিবা ওইবা পু অমা।

২। থিংনাম রমন সিংহ, থিংনাম নিংথৌ লৈকাইনা পিবা ওইবা পু অমা।

৩। থিংনাম কুল্লা সিংহ, হায়স্কুল লৈকাইনা পিবা ওইবা পু অমা।

*থিংনাম পুর্নোজাওগী পারি পুরি :-*

থিংনাম গৌরশ্যাম

থিংনাম থরোজাও

থিংনাম পুর্নোজাও

*থিংনাম রমন সিংহনা পিবা ওইবা পুগী পারি পুরি :-*

থিংনাম রাবন

থিংনাম শ্যাম

থিংনাম তোনজাও,★ থিংনাম রাঘব ★

থিংনাম ইবোমচা ★

থিংনাম কুল্লবিধু

থিংনাম প্রেমানন্দ

থিংনাম রমন

*থিংনাম লোকেশ্বোর সিংহ গী পারি পুরি :*

থিংনাম পুর্নো

থিংনাম অমু
থিংনাম সনাজাওবা
থিংনাম লোকেশ্বোর ★
থিংনাম নিল্লচন্দ্র

থিংনাম শগৈগী পু অহুমগী পারি পুরি অসিদা থিংনাম রাবন অমসুং থিংনাম পুর্নো অসি চহি ১৭৫ বোম শুরগনি, অদুনদি ককচিং খুনৌদা থিংনাম না খুন্দারকপা অসি চহি ১৫৫ বোম শুরগনি ।

ককচিং খুনৌদা অঙোম শাগৈগী পু অহুম লৈ, পু অহুম অদুগী পিবাশিংদি,

১ : অঙোম জয়েন্ত সিংহ, অঙোম লৈরক, হিজম
২ ঃ অঙোম সাগর সিংহ, লাই লৈরক, তম্পাকয়ুম
৩। অঙোম গঙ্গা সিংহ, উচোন মখোঙ লৈরক, হিজম

শ্রীঅঙোম জয়েন্তনা পিবা ওইধা পু অসিগী পারি পুরি য়েংশি।

অঙোম মুনান সিংহ
অঙোম ধন্না সিংহ
অঙোম চাওবা সিংহ
অঙোম চাওতোনসিংহ
অঙোম জয়েন্তা সিংহ

হৌজিক অঙোম মুনান অসি চহি ১৮০ রোম শুরগনি মহাকপু পোকপা মপাগী মমিংদি খঙজদ্রে ।

ককচিং খুনৌদা ক্ষেত্রি ময়ুম শগৈসু য়াল্লা লৈ, ক্ষেত্রিময়ুম নোবরসিংনা মতাক্কী পারি পুরি তাকপীরকই ।

হাত্তিং
ব্রাকচিং
অখুল
ঙৌবা
চাকেন্বা

# ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন

মাইচৌ

শ্যামনি

তোম্বা

তোম্বুং

থম্বালয়াইমা

নোবর সিংহ

নোবর সিংহ হৌজিক চহি ৯৩ শুরে, ককচিং খুনৌদা লাকখিবা ক্ষেত্রিময়ুমগী মীশক অদু খণ্ডদ্রে, শ্যামনি ওইরম্বা য়াই হায়না তাকপীরকই।

ককচিং খুনৌদা সরাংথেম শাগৈসু য়াম্না লৈ, ককচিং খুনৌদা লৈরিবা সরাংথেমশিং অসি সরাংথেম লবঙ্গগী চাদা নাউদা ঙাক্তনি, লবঙ্গ মশাগী চহি ১৬ রোম শুবদা ককচিং খুনৌদা লাকখিবনি। লবঙ্গনা লাকখিবসি খৃ: ১৮৬১ অদুরাইদনি, মহাক্কী হৌরকফমদি হিয়াংথাংদগীনি।

## মহাক্কী চাদা নাউদা :-

সরাংথেম লবঙ্গ

সরাংথেম মাইচোল

সরাংথেম মোহোরি

সরাংথেম সনাজাওবা (শিবা)

হৌজিক সরাংথেম লবঙ্গ চহি ১৬০ রোম শুরগনি।

ককচিংতাবম হায়রিবা যুননাক অসি গৌরিয়, সম্প্রদায়না মশিং যাম্না লমদম অসিদা ব্রাহ্মণনা তৌদবা য়াদবা থৌদাং কয়া মতম শাংনা মপুং ওইনা তৌরক্লবা য়ুম্নাক অমনি। ককচিংতাবম বাপুচাউবা মশাগী চহি ১৬ তা ককচিং খুনৌদা লাকখি মহাক্না ককচিং খুনৌদা লাকখিবসি খৃ: ১৮৯৪ অদুরাইদনি। ককচিংতাবম বাবুচাউবা হৌজিক মশাগী চহি ১২৮রোম শুরগনি।

## নিপানশুবা পন্দুপ

## ককচিং খুনৌদা লৈরিবা মাণ্ডবশিং

আসাম ত্রিপুরা অমসুং মনিপুরদদি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু অসি শ্রীবিষ্ণুগী অবতার ওইনা লৌদুনা যাম্না মরু ওইবা ঈশ্বর ওইনা ইরাৎ পুজা তৌরি। অসিগুম্লবা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুবু ইরাৎ পুজা তৌরিবা মন্দির ৬ (তরুক) ককচিং খুনৌদা লৈ।

১। অবাং লৈকায় গদ্দিগী মন্দির। ২। থিংনাম লৈকায় গদ্দিগী মন্দির।

৩। হিজম অমদি ঙাইখোয় তম্পাকয়ুম গদ্দিগী মন্দির।

৪। চেকশাপাৎ গদ্দিগী মন্দির। ৫। থোঙাম মখা লৈকায় গদ্দিগী মন্দির অমসুং

৬। থোঙাম অবাং লৈকায় গদ্দিগী মন্দির অসিনচিংবনি।



অমদি ঙাইখোং তম্পাকয়ুম গদিগী মন্দির

## মাপলশুবা পন্দুপ
## অইবনা থমজনিংবা ব্রাফম খরা

মনিপুরদা য়োৎ পুথোকপা, য়োৎশুং য়োৎশাবগী থবক অসি ককচিংনা তৌই, মনিপুরদা ককচিংনা মফম কয়াদা খুন্দারি, মখোয় অদুদি:-

১। ককচিং খুল্লেন, ২। ককচিং ৱাইরি, ৩। ককচিং কমেং

৪। অৱাং ককচিং , অমসুং ৫। ককচিং খুনৌনি ।

ককচিংনা ইবুধৌ খম্লাংববু মখোয়গী য়াম্না নক্লবা মরি লৈনৈ হায়না লৌই, অমসুং ইবুধৌবু সেবা চৎলি ।ময়াংলম্বম শাগে ককচিং কাংলুপকী ময়াই ওইরপ চাওবা য়ুমনাক শাগেনি ।

***ককচিং খুনৌ কৌথিবগী মরম : -***

মনিপুরগী ককচিংশিংগী মনুংদা ককচিং খুনৌ অসি খ্বাইদগী খুন্দা নৌরিবা মফম অমনি, মখোয়না লৈবাক্তা য়োৎ লৈত্রা হায়দুনা কক্ কক্ থিন্দুনা য়েংই, কক কক্ হায়না মখোল থোকপা মফমদা খুন তাই হায়দুনা ককচিং কৌই, অদুগা খুন্দা অনৌবা মফমনি হায়দুনা মমৈদা খুনৌ হাপ্পী । অসুম্না ককচিং খুনৌ কৌই । ৱাফম অসি ময়াংলম্বম অঙাহল, ময়াংলম্বম য়াইমা অমদি খুমুকচম নিংথেমজাওনা তাকপীরকই । অদুগা বৃটিস অইবশিংনা ককচিংনা য়োৎ পুথোকই হায়বসি ইরি ।

## ককচিং খুনৌ খুন্থোকলোন

**হৌরকফম : -**

ককচিং খুনৌদা লৈরিবা ময়াংলম্বম, খুমুকচম অসি ত্রিপুরা লৈবাক্তগীনি হায়বা ৱাফম অসি অহল লমনশিংনা মত চপ মান্ননা পীরক্লবা ৱাফম অমনি, ৱাফম অসি থোংঙাম ইবোমচা খুমুকচম নিংথেমজাও, ময়াংলম্বম সীতল, খুমুকচম ক্বাকলৈনচিংবা লাইগুরু ওইখ্রবা অহল লমলশিংনা থম্বীরম্লবা ৱাফমনি হায়না তাকপীরকই । অদুগা লাইরিক কয়াদসু ত্রিপুরাদগী মী কয়া থোকলক্তুনা মনিপুরদা খুন্দাখি হায়বা ৱাফম ইরি । থিংনাম শাগৈদি খোংমনদগী ককচিং খুনৌদা লাকপনি হায়না অহলশিংনা তাকপীরকই । সৱাংথেম শাগৈনা নিংথাংখাংদগীনি, খোংঙাম্না শিংজমৈদগীনি । ককচিংতাবমনা য়াবগাইদগীনি, ককচিং খুনৌগী খা-নোংপোওগী মী খরসু ককচিং খুনৌদা খুন্দাখি । ময়াংলম্বম, খুমুকচমশিং অসি ত্রিপুরদগী লাক্তুনা উরিপোক্তা খুন্দাখি, মফম অদুদা য়োৎ-থাং শাদুনা লৈরম্মী, মৈতৈগী কোনুংদসু মৈতৈ নিংথৌগী য়োৎ -থাং শারমই, মতম খরা উরিপোক্তা লৈরম্লগা খুন্দা অফবা য়েংদুনা মথং মথং লাক্তুনা হৌজিক লৈরিবা ককচিং অসিদা মতম খরা লৈরম্মী । মতম অদুদা ককচিংদদি হান্ননা মী কয়া য়ুম লিংদুনা খুন্দাদুনা লৈরম্লবা মতমনি, মফম অদুগা ময়াংলম্বম কোন্দিল তাবা পণ্ডিতকী ময়াম্বা/ মনাও অমা লৈহৌই, হায়না অহলশিং না তাকপীরকই । ককচিংদা লৈহৌবা ময়াম্বা/ মনাও অদুনা হৌজিক ককচিং খুনৌদা য়াম্না মতিক মঙাল লৈনা সেবা চৎলিবা "ইবুধৌ ময়াং লাইজিং নিংথৌ " গী মখুম লৌহৌই হায়নসু অহলশিংনা মত পীরকই ।

ককচিং খুনৌদা খূন্দারকপা কয়াম কুইরবগে :-

কন্না থিদুনা হোৎনবদা পুরোল তরেৎ অসি ককচিং খুনৌদা ফংই, ফংলিবা পুরোল তরেৎ অসিগা অহলশিংনা তাকপিরকপা চাহি তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা ককচিং খুনৌ খুন্দাবা কুইদ্রি হায়বাসিগা য়াম্না চানরে । খৃ: ১৮১৯ গী ৱাকচিং থাদা অৱানা মনিপুর লৌশিন্দুনা চহি তরেৎ খুন্তাকপা হৌই । অদুগা ককচিং খুনৌদা খুন্দাবসিনা খৃ: ১৮১১ অদুৱাইদা ওইগনি । ককচিং খুনৌদা অহানবা খুন্দাবদা য়াওরকখিবা খুমুকচম থৌবা

হৌজিক মশাগী চহি ২১০ দগী হেনগ্রি। অমুকসু খুমুকচম বীরোসিং অসি মশাগী চহি মঙা তরুক তমক ঙাইহিরিঙৈদা ময়াম্বশিংগী মতুং ইন্দুনা ককচিং খুনৌদা খুন্দাবা য়াওরকপনি, মহাক মশাগী চহী ১৩দা চহি তরেৎ খুন্তাকই হায়না অহলশিংনা তাকপীরকই। খুমুকচম বীরো সিংগী মচে, ময়াম্বা পুন্নমক অৱাদা চৎখ্রে মথন্তা লৈহৌবনি হায়নসু অহলশিংনা তাকপীরকই। অদুনদি ককচিং খুনৌ খুন্দাবসি চহি ১৯৪ গুম্বা শুরে, চহি ২০/৩০ মুক্কী মমাংদা থোংঙাম শাগেনা হান্না ককচিং খুনৌদা খুন্দারমলে হায়নসু অহলশিংনা মত পীরকই, মখোয়না হৌজিক ইবুধৌ লমহানবা লৈরিবা মফম অসিদা খুন্দারম্মী হায়নসু অহলশিংনা মতচপ মান্ননা পীরকই। ককচিং খুনৌদা অহানবা ওইনা খুন্দাবা লাকখিবসি পুন্না মী ৫০/৬০ রোম ওইগনি।

মনিপুরদা থুম পুথোকপা লমশিংগী মমৈদা খোং হাপপগুম, য়োৎশুং- য়োৎশাগী থবক তৌবা ইবুধৌ খল্লাংববু মপা মুপনি হায়না ইরাৎ থৌনিজবা কাংবুবু কংলৈদা ককচিং কৌই। মনিপুরদা খুন্দারিবা ককচিংশিংগী মনুংদা খুন্দা খ্বাইদগী নৌবদি ককচিং খুনৌনি, মরম অদুনা লমদম অসিগী মমিং ককচিং খুনৌ কৌরম্বা ওইগনি। মনিপুরদা খুন্দারিবা ককচিংশিং হায়বদি ককচিং খুল্লেন, ককচিং ৱাহিরি, ককচিং কমেং, অৱাং ককচিং অমদি ককচিং খুনৌ মখোয়শিং অসিগী মনুংদা খুন্দা খ্বাইদগী নৌবদি ককচিং খুনৌনি। লমদম অসি মীওই খরনা ককচিং খুনফম অচৌবদগী(ককচিং কেরচিং) হোংলকপনি হায়দুনা ককচিং খুনৌ কৌরম্বা ওইগনি হায়বা ৱাফম অসিদি লানগনি, মরমদি ককচিং খুনৌদা খুন্দারিবা মীওই কাংলুপ অসি ককচিংদগী হোংলকপা নত্তে, উরিপোক লমদমদগী খুন্দা অফবা য়েংদুনা লাকলগা কৈরক লমদমদা মতম খরা লৈরম্মী হায়বদি অহলশিংনা তাকপীরকই।

*মথক্কী ৱাফম অসি চুমগনি হায়বগী প্রমান খরদি :-*

১। ককচিং খুনৌ অসি খুন্দাবা চহি চনিদগী হেন্দ্রি, মসিগী প্রমানদি হৌজিক ককচিং খুনৌদা পুরোল তরেৎতগী হেন্না ইপা ইপুশিংগী খোঙ্গুল লীবা ঙমদে। পুরোল তরেৎ

## ককচিং খুনৌ খুঙ্গোকলোন

অসিনা ককচিং খুনৌগী অচুম্বা পুৱারিনি হায়নসু অহলশিংনা তাকপীরকই। ককচিং খুনৌগী অহানবা খুন্দাবদা য়াওরকখি হায়না অহলশিংনা থাজনরিবা খুমুকচম বীরো সিংহ, খুমুকচম খোম্বা, ময়াংলম্বম কোন্দিলতাবা, খুমুকচম ঙারিয়ান, অমসুং খুমুচকচম থৌবা অসি চহি ২০০ দগী ২১৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা ঙাক্তনি।

২। ককচিংদা হৌজিক, ককচিং খুনৌগী মীওইশিং অসিগা শাগে নাতে থোক্লবা ইমুং মনুং অমত্তা লৈতে।

৩। ককচিংদা ঙাংলিবা লোনগী খোঙ্গোক অনেম অৱাং, থুবা তপ্পা অসিনচিংবগী চাংগা ককচিং খুনৌদা ঙাঙলিবা অসিগা য়াম্না খেন্নে।

৪। ককচিংগী পুৱারি, নিংথৌরোলগী ৱারি য়াম্না শাংই, অদুবু ককচিং খুনৌগীদি য়াম্না তেন্না ফংই।

মথক্কী ৱারমশিং অসিদগী ঐখোয়না ককচিং খুনৌ অসি ককচিংদগী হোংলকপা নত্তে খাইদোরক্তুনা লাকপসু নত্তে হায়বা অহলশিংগী মত চুমগনি হায়না লৌবা য়ারে। মতাং অসিদা ময়াংলম্বম সীতল সিংহগী মতনা মথক্কী ৱাফম অসি হেন্না মরিক চুমগনি।

*ময়াংলম্বম সীতলগী মত :-* হৌজিক ককচিং খুনৌদা খুন্দারিবা ময়াংলম্বমশিং অসি তখেল লৈবাক্তগী লাকপনি, মখোয় খরা মৈতৈ সনা লৈবাক্তা লৈরুসি মফমদুদদি চাবা থ কপা ৱাত্তে, চাকহোঙ ঙাহোংই হায়দুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লাকখি। মখোয়না লমলেন জিরি য়ৌরকপা মতমদা মীওই খরা লম তু কোকথোক্তুনা খুনফম শেমলম্মী। তখেলদগী লাকপা মীওইশিং অদুগা মখোয়গা থেংনদুনা ৱারি শীংবুন কয়া শান্নদুনা লৈরম্মী, লমলেন জিরিদা লৈরম্বা মীওইশিং অদুনা মরুপখোয় করি লমদগী লাকপনো, কদায়দা চৎকদবনো হংলম্মী। লাক্লিবা মীওইশিং অদুনা মরুপখোয় সনা লৈবাক্তা চৎলিবনি মফম অদুদা খুন তারুগদৌরিবনি হায়দুনা পাউখুম পীরম্মী। জিরিদা লৈরম্বা মীওইশিং অদুনা সনা লৈবাক হায়রিবসিবু কদায়দা লৈবগে ঐখোয়সু খুন্দা অফবা থিরিবনি, মফম অসিনা ফগদ্রা খন্দুনা লম-তু কোকথোক্তুনা খুনফম শেমলিবনি। তখেলদগী লাক্লিবা মীওইশিং অদুনা মরুপখোয় সনা লৈবাক্তি মফমসিদগী চীংলোন কয়া লানলগা লৈ। মফম অদুদি লৈবা য়াম্না নুঙাইবা চাকহোং ঙাহোংবা মফমনি, চৎশি মফমদুদা ওইনা খুন তারুসি হায়খি। মতম অদুদা জিরি অসি মনিপুরগী লম ওইদবগুম তৌই, মরমদি জিরিদা লৈরন্নীবা মীওইশিং অদুনা সনা

লৈবাক খণ্ডলমদ্রি । ৱাফম অসিদা য়ান্নদুনা মখোয় পুন্না সনা লৈবাক্তা লাকখি, মখোয় অসি য়োৎ থাঙ শাবা য়াম্না হৈ শিংবা মীওই ঙাক্তনি হায়বা ৱাফম অসি মৈতৈ নিংথৌনা খণ্ডলকপদগী মখোয়বু কোনুংদা কৌখত্তুনা নিংথৌগী য়োৎ-থাঙ শাহল্লম্মী । অসুম্না কোনুংদা অফা অপুনগুম লৈবসি হৈনরক্তবদগী মখোয়না নিংথৌদা মখোয় চৎলগে কোনুংদা লৈবসি নুংঙাইতরে হায়না ৱাকৎলম্মী অদুবু নিংথৌনা অয়াবা পীরমদে । মখোয়বু মৈতৈ নিংথৌনা য়াম্না লুনা চান্না তৌই,মৈতৈগী য়েক শলাইদা চনহল্লম্মী । তখেলদগী লাকপশিংবুনা ময়াংলম্বম, অদুগা জিরিদগী লাকপশিং অদুবুনা খুমুকচম ওইহনখি । নিংথৌনা মখোয়বু কোনুংদগী চৎখিদনবা য়াম্না হোৎনৈ মরমদি মৈতৈ লৈবাক্তা য়োৎ-থাঙ শাবা হৈবা মী হায়বসি মতমদুদা য়াম্না মরুওইবা থবকনি । হৌজিক্কী মতমদা নিউক্লিয়ার বোম নত্রগা কম্প্যুটর শাবা হৈবগুম্বনি । মখোয়না মৈতৈ নিংথৌগী মীৎয়েং মখাদা লৈবসি হৈনরক্তবদগী অচেংবা তঞ্জা য়েংদুনা কোনুং থাদোকলম্মী । মখোয়না কোনুংদগী থোরক্তুনা লমলেন উরিপোক্তা খুন তাখি, উরিপোক্তা মতম কয়া খুন লিংদুনা লৈরম্লবা মতুংদা খুন্দা অফবা য়েংদুনা ময়াংইম্ফাল লম্বীদা খা পাংনা লাকখি । খা পাংনা অসুম লাকপনা হৌজিক ককচিং খুনৌ হায়রিবা মফম অসিদগী খরা চৎলগা করবুঙদা খুন তাখি, মতম অদুদা মৈতৈ নিংথৌনা লৈবাক্কী মাইবা, মাইবী, অখঙ অহৈশিংগা লোয়ননা লমলেন সুগুদগী মৈতৈ কোনুং পাংনা লাকলম্মী, লম্বীদা করবুঙদা খুনফম সেমদুনা লৈরম্লীবা মীওইশিং অদুগা থেংনরম্মী । মৈতৈ নিংথৌনা মখোয়দা করিগীদমক মফম অসিদা লম কোকথোকলিবনো হংলম্মী । মখোয়না নিংথৌ ইবুঙো ননাই ঐখোয় খুন্দা অফবা থিরম্লীবনি হায়বা পাউখুম পীরম্মী । নিংথৌগা লাকমিন্নরিবা লৈবাক্কী অখঙ অহৈশিং অদুনা মফম অসিদি খুন তাবা নুংঙাইরোই খরা চঙশিল্লগা অফবা মফম অমা লৈবনি মফম অদুদা খুন্দারু চাকহোং ঙাহোংগনি হায়না তাকপীরম্মী । ৱাফম অদু তাবদা মখোয়না (খুনফম শেমলম্লীবা মীওইশিং) লৈবাক্কী অঙম্বা ইয়াম্বখোয় ঐখোয় মফম অদু চৎলুরে য়াম্না ফবা মফমনি খঙলে, অদুবু মফমদুদি হান্ননা মী তারমলে হায়না হংগৎখি । ৱাফম অদুদা নিংথৌনা, নখোয় মদুগী ওইরবদি চিংনরুগনু , ঐ হায়নগে, হায়বদগী হৌজিক লৈরিবা মফমসিদা খুন তাখি হায়না ময়াংলম্বম সীতল সিংহনা তাকপীরকই । ৱারী অসি মঙোন্দা ওজা গুরু অমনা লীবিরম্বনি হায়না তাকপীরকই ।

# ককচিং খুনৌ খুন্তোকলোন

ৱারী অসি খোংঙাম ইবোমচা সিংহ না তাকপিরকপা ৱারীগসু য়াম্না মান্নরে, ৱাফম অসি খুমুকচম নিংথেমজাও সিংহ অহল কয়াদগী হংহৌই হায়দুনা লীবীরকপা ৱারীগসু য়াম্না মান্নরে। অসুম্না ময়াংলম্বম, খুমুকচমশিং অসিনা মতম খরা খুন তারবা মতুংদা থিংনাম শাগে অসি লাকখি হায়নসু তাকপীরকই, খোংমন্দগী ওইরম্বা য়াই।

ময়াংলম্বম শাগেনা সেবা চৎলিবা ইবুধৌ অসিগী মরমদা ওজা নোদিয়ানা তাকপীরম্মী হায়দুনা, অঙোম হেরাচন্দ্র সিংহ -না অসুম্না ৱারী লীবিরকই - " চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা ময়াংলম্বম পিবাগী মচা নুপী অমগা, মচা নুপা অমগা লান চেনলম্মী। মপানা হিংলিঙে মতমদা মচাশিংদা অরৈবা মরলশিং য়েম্থোক্লম্মী , মচা নুপাদা থাঙনে লাইহিরিকনে পীরম্মী। লান চেনবদা মৌপুৱাবু পুদুনা চেনবা ঙমদ্রবা মচানুপীনা মৌপুৱাবু থাঙদুগা লোয়ননা হুনদোকলমলে। পীক্লিবা অঙাং অদুনা তিন -কাঙ ফাদুনা চাবা হৌরে।সুগ্নু মখাদা চয়াং কৌবা (তাংজেং) সেরৌ তারিবসিগী নোংপোকথংবদা তাবা লমকাং চীংমীনা শাদানবা লাকপদা অঙাং অদু থেংনৈ। অঙাং অদুবু য়োকখি, মচেদুনা খুমুকচম শাগে অমদা ময়ুম পানখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপা লোইরবা মতুংদা ময়াংলম্বম শাগে ময়াম তিন্নখি অমদি অঙাং অদুগী খোঙ্গুল লীনবা ৱারেপ লৌখি। অঙাং অদু তাংজেংদা মাঙখি হায়বা পাউ ফংবদগী ময়াংলম্বম কাঙবুনা মখোয়গী পিবা অমসুং লাই নিরকপদা চয়াং(তাংজেং) চীংমীনা অঙাং পীরকই, লাইহিদি(থাঙ) পীরক্তে। মতম খরা লৈরগা লাই অদু থম্বা ঙমদ্রে হায়দুনা থিনলকই।

মথক্কী ৱারী ৱাখোঙ কয়া অসিগী মতুং ইন্না হৌজিক ককচিং খুনৌদা খুন্দারিবা ময়াংলম্বম খুমুকচমশিং অসি ককচিংদগী নত্তে, অদুবু মনিপুরগী ককচিং কাংলুপশিংগী মনুংদা অমনি। অদুগা "ইবুধৌ ময়াংলাইহিজিং নিংথৌ " অসিসু খুন্দাবদগী লোয়নরকলবা অরুবা লাইনি, হায়বা ৱাফম অসি হেন্না মরিক চুন্নে।

তরাশুবা পন্দুপ

## লম্মীৎলোন

*১ / অমুরাবা :-* মফম অসিদা অমুবনা খুন হান্না তাসি হায়খি হায়দুনা অমুহানবা হায়বদগী অমুরাবা হায়না খঙনখি ।

- ময়াংলম্বম য়াইমা

***২ / কবোতাবা :*** -মফম অসিদা চহি চা কয়াগী মমাঙদা কবোশিংনা খুন তাদুনা লৈরম্মী হায়দুনা কবোতাবা হায়না খঙনখি ।

- অহলশিং

*৩ / চেকশাপাৎ : -*

ঙসিদগী চহি লিশিং অমরোমগী মমাঙদা চেকশা শিংনা খুন তাদুনা লৈরম্মী হায়বগীদমক মফম অসিবু চেকশাপাৎ হায়না খঙনখি ।

- খুমুকচম অঙাংয়াইমা

***৪ / লময়েংচীঙ :***- মোইরাং থোইবীনা কবোদগী লোই কুমলকপদা চীং অসিগী মথক্তা কাদুনা মপাম লমদমবু য়েংজখি হায়বদগী লময়েংচীং হায়না খঙনখি ।

- অহলশিং

***৫ / মীনাইচীং :*** মীনাইনা খুন তাদুনা লৈরম্বা চীঙনি হায়বদগী মীনাইচীঙ হায়না খঙনখি ।

- অহলশিং

***৬ / লাইনুং চীং :***-লাইনা নুঙ ওন্দুনা লৈখি হায়বদগী লাইনুং চীং হায়না খঙনখি । মফম অসিদা পোইনাওতাবা অমসুং ঙাইখোংঙাম্বী অনীগী শক্তমবু নুংনা শাদুনা লোইজিংলেম্বী হায়দুনা খঙনরিবা মফমসু লৈ ।

- অহলশিং

*৭। নুরাথেল :* -মোইরাংগী প্রজাশিংনা লাকুনা মখোয় অনিগী (পোইনাওতাবা অমসুং লৈম ঙাইখোং ঙানবী) হকচাংদু দোলাইদা পুদুনা মরাম্বা মরিল চাইরেল নোংয়াইখোং হায়না কৌবা খোংগী মপান্দা নুরা পাখং অনীগী শামু হকচাং ঙাইহাক থেন্দুনা থম্বা মফম অদবু নুরাথেল হায়না কৌদুনা হয়েং মৈনা ৱাইঅনা শম লৈহৌনবগীদমক্তা থৌদু নুংদুম্না শক্তম শাদুনা থম্লমই।

- লিক্লাং পরেং

*৮। মোন্দুম :* -মোইরাং হাওবীগী তালোই তাওথোং তাইবীনা মপুরোইবগী য়াথং তুংইন্না লৈনুং মোরীদা য়োৎ থাঙ নিবা লাকলম্মী, মোরীবনা অহিং লৈখ্রো হায়বদগী চৎপা য়াদদুনা লৈরম্মী, শোমদা মোইরাং নিংথৌ হাওবীনা ইবেম্মা তাওথোং তাইবীদা মোরীবগী মকা দা অহিং লান্না লৈরক্নু পাওমেন্নরকই। মোরীবনা তাওথোং তাইবীগী মশাদা মোনখাঙনদুনা তুমথখ্রে, তাওথোং তাইবীনা নাপী শীংবী না মোন শেমদুনা মোনখাঙনহল্লমলগা অহিংদা মোইরাং তানা চৎখিরম্মী, মোরিবনা মীৎকপ থোকলকপদা, তাওথোং তাইবীগী মফৈদা মোনখাঙনবগী মহুত্তা নাপী শিংনাং মথক্তা মোনখাঙনরম্মী। শাওবনা লুতোন কারবা মোরীবনা মহাক্না মোনখাঙনরীবা মোন অদু মাঙদা লৈরিবা পাকলবা ঈপাক্তা থাদরম্মী। মোন্না ঈয়াইদা দুম লাওনা তাখিবা মফমবু মোন্দুম কৌখি।

- সিনাম সনাজাওবনা অহলশিংদা লীবিরম্বদগী,
অহলশিংনা তাকপীরকপা।

*৯। থোংঙাম :* কবোশিংনা মোইরাংবু হুয়েল লানশিংনবা চৎপদা মারাম্বা মরিলদা থোং অমা শাখি, হায়রিবা থোং অদু লান লোয়রদুনা কবোশিংনা হনলকপদা থোং অদু ঙামদুনা লৈরম্মী, থোং ঙামদুনা লৈরম্বা মফম অদুবু থোংঙাম হায়না খঙনখি।

- সিনাম সনাজাওবনা অহলশিংদা লীবিরম্বদগী,
অহলশিংনা তাকপীরকপা।

*১০। মোইরাংকোম :* -কবোশিংনা মোইরাংবু হুয়েল লান্দা মাইথীবা পীদুনা তা তান্দুনা হাৎখি, মোইরাংগী ঈনা কোম, কোম শাদুনা লৈখিবা মফমবু মোইরাংকোম কৌনখি।

- অহলশিং

# ককচিং খুনৌ খুম্ভোকলোন

***১১ / তরাং তুরেল :*** - তরাংবা মচিল মনাওনা তৌখি হায়দুনা তরাং তুরেল কৌখি ।

- অহলশিং

***১২ / ঙাইখোং লৈকাই :*** - হৈরেম কংবিশুনা লোং খোন্দুনা ঙা ফারিঙৈদা পান্বা কৈ অমা থেংনখি । মহাক্না পান্বা কৈ অদুদা ঙাইখো, খুৎশু তামেল লৌরুখিগে হায়খি, কাংবিশুনা ঙাইখো হায়খিবা মফমবু ঙাইখোং লৈকাই হায়না খঙনরে ।

- ময়াংলম্বম য়াইমা

***১৩ / পামচৌ খোংনাংখোঙ নৎত্রগা পামচৌ লমখায় :*** - খুমুকচম পামচৌ, অরাং লৈকায়না মফম অসি লম কন্দুনা য়ুম শাদুনা লৈরম্মী হায়বগীদমক পামচৌ খোংনাংখোঙ/পামচৌ লমখায় হায়না খঙনখি ।

- অহলশিং

***১৪ / উদ্ধব চীং :*** - উদ্ধব কৌবা নুপা অমা থৌরি য়ানলগা শিখিবা চীংনি হায়দুনা মফম অসিবু উদ্ধব চীঙ হায়না খঙনৈ।

- অহলশিং

***১৫ / তোমাল মখোঙ লৈরক :-***

লৈরক অসিগী মচিলদা তোমাল পান্বী অমা হৌই। মরম অদুনা লৈরক অসিবু তোমাল মখোঙ লৈরক কৌই।

- অহলশিং

***১৬ / হৈতূপ মখোঙ লৈরক :*** - হৈতূপ পান্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী হায়দুনা হৈতূপ মখোঙ লৈরক কৌনখি ।

- অহলশিং

***১৭ / বোকুল লৈরক :*** - লৈরক মচিন্দা বোকুল পান্বী অমা হৌরম্মী হায়দুনা বোকুল লৈরক কৌনখি ।

- অহলশিং

***১৮ / মঙ্গে মখোঙ লৈরক :*** - মঙ্গে পান্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী হায়বগীদমক মঙ্গে মখোঙ লৈরক হায়নখি ।

- অহলশিং

## ককচিং খুনৌ খুম্বোকলোন

**১৯। উচান মখোঙ লৈরক :-** লৈরক অসিগী মচীন্দ উচান পাম্বী অমা হৌরম্মী হায়দুনা লৈরক অসিবু উচান মখোং লৈরক কৌনখি ।

- অহলশিং

**২০। সনা খোংনাং লৈরক :-** লৈরক অসিগী মচিলদা সনা খোংনাং পাম্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী, খৃ: ১৯৮০ অদুৱাইদা য়ানখ্রে । সনাখোংনাং পাম্বী অসি হৌরম্বদগী সনাখোংনাং লৈরক হায়না খঙনখি ।

- অহলশিং

**২১। থিংনাম নিংথৌ লৈরক :-** থিংনাম রাঘব অমসুং থিংনাম ইবোমচা অনী অসিনা মথং মথং নিংথৌ ওইদুনা লৈরম্বা লৈরক্কি মরম অদুনা থিংনাম নিংথৌ লৈরক কৌখি ।

- অহলশিং

**২২। অৱাং নিংথৌ লৈরক :** - শ্রীখুমুকচম বিনো সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা লৈরক অসিদা লৈরম্মী, মরম অদুনা অৱাং নিংথৌ লৈরক হায়না খঙনখি ।

- অহলশিং

**২৩। অৱাং কৈথেল লৈরক :-** লৈরক অসিগী মচিন্দা কৈথেল লৈরম্মী হায়দুনা কৈথেল লৈরক কৌই ।

- অহলশিং

**২৪। থিংনাম লৈকাই :-** খুন্দারকপদা খুমুকচম্না অৱাং থংবদা, ময়াংলম্বমনা মখা থংবা অমসুং মোইরাং লাইজিদা, থিংনামনা মৈরমদা লৈখি। মরম অদুনা থিংনামনা মপুং ওইনা লৈবা শরুক অসিবু থিংনাম লৈকাই কৌখি । অদুগা কোন্না লাকপা সরাংথেমনা কৌব্রুদা লৈখি। তুমুরাকপা চীংগী চীখোংদা লৈবা শঙ্গোমশঙ হায়নসু খঙনবা, অরিবা ৱারীদা থোংঙাম হায়রগা খঙনবা, মফমদা লৈরম্না থোংঙাম শাগৈসু কৌব্রুদা লৈখি । থোংঙাম হায়রিবা মফমদা খুন্দারম্বা অদুগা য়ুম্নাকসু থোংঙাম ওইবা মরম অসিদগী হৌজিকী থোংঙাম লৈকাই অসি থোংঙাম কৌখিবসু ওইরমগনি।

- অহলশিং

২৫। *উমাথেল :* -শাবল হায়বসি লামজাও লমহাং অচৌববু খঙনৈ অদুগা উমাথেল হায়বসিদি উমা চাঙগী অকোইবদা খুন তাই হায়দুনা কৌখিবা ওইগনি, খৃ:১৯৭০ অদুবাইদা ককচিং খুনৌ খুনফমদগী হোংদোকখিদুনা শেমখিবা উমাথেল হায়রিবা লৈকাই অসি ঙসিদি ককচিং খুনৌগী অচৌবা লৈকাই অমা ওইরে।

- অহলশিং

২৬। *লোইশঙমাঙ :*-নিংথৌ পানলিঙে মতমদা খুনগী খৎন-চৈনবা, চাওখৎ-থৌরাং অমদি অতে হিরম কয়া বায়েল বিচার তৌনবা মফম লোইশঙ শাদুনা লৈরম্মী হায়রিবা মফম অদুবাইদু হৌজিক্তি লোইশঙমাঙ হায়না খঙনরে।

- অহলশিং

২৭। *ককচিং খুনৌ বজার :*-লমদম অসিগী মীওই খুদিংগী থাইদগী মরুওইবা হিংনবা, শেনমিৎলোন ফগৎনবা লম্লোন ইতিক তৌফম ওইবতা নত্তনা খুন অসিগী অকোইবদা লৈরিবা তোকপচিং, মনীং চীংগী মরিং, মমাঙ চীঙগী চয়াং, অইহাংনচিংবগীসু মরুওইবা মফম অমা ওইরিবা ককচিং খুনৌ বজার অসি খৃ: ১৯৭৫ অদুবাইদা শেমগৎখিবনি। হান্নদি হৌজিক ওল্ড বাজার হায়নসু খঙনরিবা মথক্কী কৈথেল হায়নসু খঙনরিবা, লোয়শঙ মাঙগী জাগা অসিদা ওইরম্মী।

- অহলশিং

২৮। দোলাং : লমদম অসিগী নোংচুপ্তা লৈরিবা দোলাং হায়না খঙনরিবা লৌফমশিং অসি মতম অমদা দোলাং চীংমীশিংনা খুন্দারম্বা মফমনি।

- অহলশিং

২৯। কৈকালোক : পাম্বা কৈনা কা কুমদুনা শান্নরম্বা লোক্তি হায়দুনা কৈকালোক হায়না খঙনখি।

- অহলশিং

৩০। হোম্বীবাল লোক : মতম চুপ্পদা ঈশিংগী ইফুৎশিংনা হোম-হোম লাউদুনা লৈবা মফমনি হায়দুনা হোম্বীবাল লোক হায়না খঙনখি।

- অহলশিং

৩১। হুইদৌপোকপী লোক : লোক অসিদা শাথৌবা হুইথৌশিং লৈরম্মী হায়দুনা হুইথৌপোকপী লোক (হুইদৌপোকপী) হায়না খঙনখি।

৩২। মংচীং : ঙল্লিঙৈ মতমদা লমদম অসিগী মীশি-মীনা থোক্লকপা মতমদা পোৎলোইনবা শীং অসি চীং অসিদগী য়াম্দুনা থম্লমই । মরম অসিনা চীং অসিবু মংচীং হায়না খঙনখি। চীং অসিদা হৌবা উ-ৱা অমত্তা কনা অমত্তনা অতোপ্পা মরম অমগীদমক য়ানবা য়ারমদে। অদুবু হৌজিক্তি খুমুকচম পামচৌ সিংহনা লৈখিবদগী পামচৌচীং হায়না খঙনরে।

- অহলশিং

## ১৯৮১ককচিং খুনৌগী বাজারগী শক্তম (লাইলম থোকপা)



## ২০০5 গী ককচিং খুনৌগী বাজারগী শক্তম(অয়ুক)





**ককচিং খুনৌদা নিংথৌগী শাসন লোইশিনখিবা :**

ভারত পুন্নমক্কী অহানবা গোষ্ট ইন্দিপেন্দেন্স এলেক্সন ১৯৫২ দা হিয়াংলম সুগ্নু কনষ্টিটুয়ান্সিগী অহানবা কোঙ্গ্রেস টিকেৎকী মীরেপ্তি ককচিং খুনৌদগী ময়াংলম্বম অঙাহল সিংহ(লৃপলাকপা) নি। ককচিং খুনৌদগী থিংনাম পুর্নো সিংহ(সেনাপতি)সু এলেক্সন লেপখি অদুবু কাবদি সুগ্নুদগী তোয়াইমনা কাখি। অনিশুবা ১৯৫৭ গী ইলেক্সনদা ককচিং খুনৌদগী খুমুকচম পামচৌ, থিংনাম লোকেশ্বোর(নিংথৌ) না সোসিয়েলিষ্ট অমসুং প্রজা সোসিয়েলিষ্টতা মথংশীংনা মীরেপ ওইখি, অদুবু কাবদি ৱাবগাইদগী নোদিনা কাখি। মনিপুরগী অইন সাভাদা ইহান হান্না মীহুৎ ওইখিবখিবা ককচিং খুনৌ মচাদি থিংনাম অনৌবীনি। মহাক খৃ: ১৯৬৭ কী জেনেরেল এলেক্সন্দা সোসিয়েলিষ্ট মীরেপ ওইনা কাখিবনি।

হৌজিক ওইরিবা নগর পঞ্চায়ট অসি ওইহন্রিঙৈদা ককচিং খুনৌ অসি গ্রাম পঞ্চায়ট ওইরম্মী। পার্ট ৱান অমদি পার্ট টু হায়দুনা প্রধান অনি লৈরম্মী। পার্ট ৱানগী অহানবা প্রধানদি খুমুকচম অঙাংজাও সিংহ (যত্রা) নি অদুগা পার্ট টু গী অহানবা প্রধান্না খুমুকচম মনিনি।

লোয়রবা





---

*অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক:*

স্বামী বিবেকানন্দ

অমসুং অতৈ লুচিংবা খরগী পুন্সি ৱারী,

মার্চ, ২০০৩